# মূর্ত্তি পূজা অমসুং মাগগা খব

শ্রীস্বামী শিবানন্দ

অনুবাদ তৌজবা

শ্রীখুমুকচম অঙাংয়াইমা সিংহ
পোঃ অঃ ককচিং খুনৌ, মনিপুর।

মমল রুপা [illegible]·০০ ভলি।

# অফোংবগী ৱারোল

হৌজিক্কী মতমদা মূর্ত্তি পূজাবু থোওইনরক্কত্রবা, লাইশংদা লাংথোক্লিবা মূর্ত্তিশিংবু হূরান্দুনা তমথিবা মওংদা থুগাইনরবা মূর্ত্তিবু ময়াংগীনি মৈতৈগীনি হায়না য়েংনরবা, মূর্ত্তি পূজাগী মন্নুংগী ভাব শেৱান্নবা লৌনরবা অমস্তুং উপাসনা তৌবগী অশেংবা মরম অদু খঙনদবদগী চয়েংনরবা মতম অসিদা সদ গুরু শ্রীস্বামী শিবানন্দজিগী জ্ঞানগী মহাসাগরদগী "মূর্ত্তি পূজা অমস্তুং মসিগী অর্থ" হায়বা জ্ঞান মরিক অসিমতং লৌখৎচদুনা মীয়ামগী য়েংনরিবা অসিদা খরমখৈদি শেংদোক্কত্রা খঙ্গদুনা মৈতৈলোন্দা অনুবাদ তৌজদুনা পুথোকচবনি। উপাসক অমনা মানা পামজবা দেবতা অমগী মূর্ত্তিবু ভাক্তিগা লোয়নননা পূক্নিং চঙনা উপাসনা তৌজরবদি মূর্ত্তি অদুমক্তা দিব্য শক্তিগী অহিংবা শক্তম অমা ওইরকতুনা উপাসক অদুগী অনিংবা অপাম্বাশিংদু থুংহনবী। ইফা ফাদোক্তা শনদোকলিবা হুমিংকী মঙাল অাস সূর্য্যমান অমগী মতেংনা পুনশিহল্লবদি মৈ হৌহনবা ঙমই। অাসগুম্না ফাদোকলিবা পূক্নিং অাস পুনশিনদুনা মূর্ত্তি উপাসনা তৌরবদি মূর্ত্তিদা য়াওরিবা দিব্য শক্তি অদু য়াকায়হনবা ঙমই। ঈশ্বরদি অমৎতনি, অনি নত্তে। ময়াং লাই, মৈতৈ লাই, পাঙল লাই হায়বা অমমম তোঙান্না নৈতে। মী মীগী থাজবগী মতুং ইন্না মানা মানা নিংনিংবা ঈশ্বর অমা নিংজবা য়াই। ভক্ত অমনা ভগবান কৃষ্ণ, ভগবান রাম, ভগবান

শঙ্কর, জেসস খ্রাইস্ট, অল্লা, লাইনিংথৌ সনামহি নত্রগা শাগৈগী লাই অমবু মাগী ইস্ট দেবতা ওইনা লৌবা য়াই। থাবু থাজরবদি নুঙ অমবুস্থু ইস্ট দেবতা ওইনা লৌবা য়াই | ভগবানদি সর্বশক্তিমায়ি, অন্তর্যামিনি | ভক্ত অমনা নিংজরিবা ঈশ্বর অদু মক্কী মশক অদুদা মহাকনা ফোংদোকই | তোঙান তোঙানবা লৈরিবা দেবতাশিং অসি ঈশ্বর অমত্তগী শকওংশিংনি | পুয়ঃক অসি চপ মায়ৈ, অমত্তনি। অমনা অমদগী হেল্লি হায়নরিবসিদি পুমনমক অরানবনি | রাকমশিং অসি লাইরিক মচা অসিদগী শুগাইনা খঙবীগনি | মীপুম খুদিংমকনা অমমমদং লৌবীদুনা পাবী রবদি হোৎনজমনগী মহৈ য়াল্লে খঙগনি | লাইরিক মচা অসি হন দোকপদা রাহৈ রাতা ফজদবা, সংস্কৃতকী রাহৈশিংগী বানান লানবা য়াওবা পুমননক মীয়ামনা ঙাকপীগনি। মসি নমবদা মতেং ওইনবা মনিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা লুপা ৫০০ পীবীরকপগী থোইদোক হেন্দোক্লা স্টেট কলা একাদীমগী সেক্রেটরিবু থাগৎচরি। লাইরিক অসিবু ছাপা তৌবদা অরাবা শরুক য়াবীখিবা শিবানন্দ প্রেস রাবগাইগী প্রোপ্রাইটর, ওজা শ্রীময়েংবম মনিহার সিংহ অমদি প্রেসকী স্তাফশিংবুস্থু তৌবীমল খঙবা উৎচবগা লোয়নবা থাগৎচরি।

শ্রীখুমুকচম অঙাংয়াইমা সিংহ

ককচিং খুনৌ

তাং ২৮। ২। ৮১ ইং

# হীরম লমায়

হীরম— লামায়—

# মূর্তি পূজা

ঈশ্বর নত্রগা পরমাত্মাবু ফংনবা উপাসক অমনা হোং-নরিবা অহুবু পূজা তৌবা কৌই। উপাসনা হায়বগী অশেংবা অর্থদি ঈশ্বরগী মনাক্তা ফম্না হায়বনি। পূক্লিংনা পামদুনা খল্লবা পূজা তৌনফম ওইবা পোং [ইষ্ট-দেবতা] অহুখী মফমদা শাস্ত্র অমস্তুং গুরুতগী পাউতাকশিংগী মতুং ইন্না মহুদা ধ্যান তৌদুনা চঙশিনবা অমস্তুং রাখল অহুমতগী ইচেলদা চফু অমদগী চফু অমদা থাউ ইবগুনা হৈবগুম (তৈলধারাবত্) লেপ্তুনা লৈবসি উপাসনানি। হকচাং অমস্তুং পূক্লিংগী ওইবা পালনশিং অমস্তুং অভ্যাসশিং অসি মসিগী মনুং চনবনি। মসিনা মরম ওইদুনা সাধক নত্রগা জিজ্ঞাসু অহুনা অধ্যাত্মিক্কী লমদা লেপ্তুনা চাউখংলি অমস্তুং মমৈদা মশামক, মাশমক্কী হৃদয়দা ঈশ্বর লৈবহু খঙবা ঙমই।

---

# উপাসনাগী কান্নবশিং

উপা নানা ভক্তবু ঈশ্বরগী মনাক নকপদা নত্রগা মহাক্কা অমত্তা ওইনা পুনবদা মতেং পাংই। মসিনা থম্মোই শেং-দোকই অমস্তুং পুক্লিং ঈংহল্লি। মসিনা পুক্লিংবু শুদ্ধ ভাব

অমস্থুং প্রেম নত্রগা ভগবানগী অশেংবা মুংশিবতনা থলহল্লি। মসিনা মীওইববু অস্থম ২ ঈশ্বর ওলহল্লি।

উপাসনানা পুক্লিংবু হোংহল্লি, রজ অমস্থুং তমঃ গুনশিং মাগুহন্দুনা পুক্লিংবু সত্ত্ব নত্রগা অশেংবনা থলহল্লি। উপাসনানা বাসনাশিং·ত্রিমনাশিং [অকনবা অপাম্বশিং] অহমকার, কাম, তুক্কচবা অমস্থুং অশাউবা অসিনচিংবা মাগুহল্লি। উপাসনানা পুক্লিংবু মন্থুং য়োনা ওলহল্লি অমস্থুং অন্তরমুখ বৃত্তিবু লাকশিল্লি, মমৈদা ভক্ত অদুগা ঈশ্বরগা হকথেংননা উনহল্লি। ভক্ত অদুবু পোকপা শিবগী চক্রশিদগী নাম্থোকহল্লি অমস্থুং মগোন্দা অমর অমস্থুং স্বতন্ত্র ফংহল্লি।

পুক্লিংসি উচিখোই অমস্থুং কত্রং তীলগী ন্যায় [ভ্রামর কীত ন্যায়) গী মতৌগুম্না মসিনা ধ্যান তৌরুরিবা পোং অহুমক ওইরকই. নহাকনা থনবা অদুমক নহাকনা ওইরকই। মসি লেগুত্রবা মনোবিজ্ঞানিক ওইবা নিয়ম্নি। উপাসনাদা অগুকপা নত্রগা খগুগুমদবা শক্তি (অচিন্ত্য শক্তি) অমা লৈ, মসিনা ধ্যাতা (ধ্যান তৌরিবা মী) অমস্থুং ধোয় (ধ্যান তৌদুনা ফংনিগুাই পোং) অসিবু অমত্তা ওইহল্লি।

নখোয়না গীতাদা ফংগনি (XI – ৫৪): "তৌইগুম্বস্থুং ঐগোন্দা পুকনিং অনি লোংদনা ভক্তি লৈবতনা ঐবু অস্থুম্না ফংবা গুমই অর্জ্জুন, অমস্থুং অযুপ্রদু খগুই অমস্থু· উই ১স্থুং ঐগোন্দা তিনবা গুমই, হে পরন্তপ।"

পতঞ্জলি মহর্ষিনা মহাক্কী রাজ যোগ সূত্রশিংগী তো-ঙান তোঙানবা মফমশিংদা উপাসনাগী কান্নবগী মরমদা কল্লা হায়রি। রাজ যোগী অমদা ফাওবা উপাসনা চঙদবা য়াদে। মহাক মশামক্কী ইষ্টমঃ মন্ত্রগা লমজিংবা দেবতা যোগেশ্বর কৃষ্ণ ভগবান শিব নৈ। ঈশ্বরদা পুমকৎ কথোকপা হায়বসি রাজ যোগগী নিয়ম ১স্নুং ক্রিয়া যোগগী কায়াৎ অমনি। পতঞ্জলিনা হায় "উপাসনানা মরম ওৎচনা কনাগুম্বা অমনা সমাধিদা চঙশিনবা ঙমই।"

আত্মাগী চাউখৎপদা, অধ্যাত্মিক্কী কাখৎপদা অমস্নুং ধর্ম্ম তানবগী পোৎ পুম্নমক্কী মনুংদা উপাসনা হায়বসিস্নু থাদোকপা য়াদনা দরকার ওইবদা নত্তনা মখল খুদিংগী অমস্নুং কাঙলুপ খুদিং-ক্কী মীশিংদা থোইদোক হেন্দোক্লা কান্নে। মসি লায়-বস্নু লায়।

চাবা, থকপা, তুম্বা, কিবা অমস্নুং কাম ভোগ অসিন-চিংবনি শাশিং অমস্নুং মীওইবা জীবশিংগী মফমদা চপ মান্নে; অদুগা কনাগুম্বা অমবু অশেংবা মী নত্রগা লাইওইরবা মী অমা ওইহল্লিবগুদি উপাসনাননি। ইন্দ্রিসিং পেন্নবগী ওইবা পুন্সি অমা লমজিংলিবা, উপাসনাদি তৌদবা মহাক অদু মপান-থোংদদি মীওইবগী ফিজেৎ শেংলবস্নু শা অমনি।

# সগুন অমস্তুং উপাসনা

উপাসনা মথল অনি শুই মত্তুদিঃ—প্রতীক উপাসনা অমস্তুং অহমগ্রহ উপাসনা। 'প্রতীক' হায়বদি খুদম হায়বনি। প্রতীক উপাসনাদি সগুন উপাসনানি। অহমগ্রহ উপাসনাদি নিগুন উপাসনানি নত্রগা মশক নাইদবা অমস্তুং মগুন লৈ বা অক্ষর নত্রগা তাইবং বাংমগী ওইবা ব্রহ্মাদা ধ্যান তৌবনি। মূর্ত্তিশিংদা, সলিগ্রামদা, ভগবান রাম, ভগবান কৃষ্ণ, ভগবান শিব, গায়ত্রি দেবীগী অয়েকপা লাইশিংদা ধ্যান তৌবসি প্রতীক উপাসনানি। পাক শন্না শান্দ [illegible] বা অশংবা অতিয়া, মফম খুদিং শিন-থুংনা লৈবা অবাংশ, মফম খুদং শিন [illegible] শন্দোক-[illegible] বা নুমিৎকী মঙাল অসনাচিংবসি ভাবকা ওইবা ধ্যানগী প্রতীক শনি। সগুন উপাসনাদি শকলাইবদা ধ্যান তৌবনি। নিগুন উপাসনাদি ভাবকী ওইবা ব্যাপি

শ্রবন নত্রগা ভগবানগী লীলাশিং তাবা, কীর্ত্তন নত্রগা মহাক্কী মমিংশিং শক শোনবা, ভগবানবু তোঙনা নিংশিংবা (স্মরন), মহাক্কী চরন সেবা (পাদ সেবন), লৈ-শিং কৎপা (আরচন), শত্রাং তিংথোক্তুনা খুরুম্না (বন্দনা), লাইগোন (প্রার্থনা), মপ্প থিবা, পুমকং কথোকপা (আত্মা নিবেদন), ভগবত সেবা, মীওইবা অমস্তুং মরৈবাকপু নরায়ন ভাবকা লোয়ননা তৌবা সেবা অসিনচিংবসি সগুন উপাসনাগী মখুং চল্লি।

নেতিং, নেতি (নহে, নহে) নিয়মশী মতুং ইমা মায়াগী য়ুখল হাংদোক্লবা মতুংদা আত্মা ভাবকা লোয়ননা ওঁ শোম্বা, আত্মা ভাবকা লোয়ননা মীওইবা অমস্মুং মরৈবাক্কী সেবা তৌবা, আত্মা ভাব নত্রগা ব্রহ্ম ভাবকা লোয়ননা পুক্লিংনা ওঁ জপ তৌবা, সোহম নত্রগা শিবোহম নত্রগা 'অহম ব্রহ্ম অস্মি' নত্রগা 'তৎ ত্বম অসি' অসিনচিংবা মহাবাকৎশিংদা ধ্যান তৌবা পুম্নমকসি অহমগ্রহ উপাসনা নংত্রগা নিগুর্ন উপাসনাগী মমুং চল্লি।

সগুন উপাসনাদি ভক্তি যোগনি। নিগুর্ন উপাসনাদি জ্ঞান যোগনি। সগুন অমস্মুং নিগুর্ন ব্রহ্ম উপাসকশিংনা চপ মান্নবা পম্মুং য়ৌই। তৌইগুম্বস্মুং অকোনবগী লম্বী অসি য়াম্না লুই মরমদি সাধক অদুনা মহাক্কী অধ্যাত্মিক্কী অভ্যাস হেক হৌবদগী হকচাংবু পামশিনবা [দেহ অভিমান] থাদোক-পা তাই। অক্কর নংত্রগা মাগুনাইদবা অগ্নদি দেহ অভিমান লৈরিবা মীশিংনা ফংবদা য়াম্না বাই। মওং লৈতবা অমস্মুং ব্রহ্মদা পুক্লিং থম্বা থোইদোক হেন্দোক্লা লুনা থোকই। অক্কর নত্রগা নিগুর্ন ব্রহ্মদা ধ্যান তৌবদা য়াম্না থোবা, মচিন তুম্বা অমস্মুং অকুপ্পা বুদ্ধি চগুই।

# ভক্তিদা লৈবা ভাবশিং

ভক্তি যোগনা জ্ঞান যোগদগী হেন্না লায়। ভক্তি যোগদা ভক্ত অহানা ভগবানগা য়াম্না নকুব। অমসুং নুংশিনবা মরি অমা শাগৎলি মহাক্না, মহাক্কী রাখল, অপান্বা ১সুং শক্তিগা চাননা ভাব তরুক্কী মনদা ক্যা তপ্না শাগৎলি।

শান্ত ভাব, দাস্য ভাব, সাখ্য ভাব বাৎসল্য ভাব, কান্ত ভাব অমসুং মাধুর্য ভাব তরুক অসি ভক্তিশগী গুণ শংনি মতুংগা ঈশ্বরগী মফমদা হংগদবা ভাবশিং। ভাবশিং অসি মওংদা অমসুং রাখল শৌশনবদা খেন্ন। তোঙানবা ভাবশিং অসি খোংগী কনশিনবগী মতুং ইন্না মথৌং মমাও নাইনা ৎমই ধ্রুব অমসুং প্রহ্লাদগী, মচা অমনা মমা মপাশিংদা নুংশিদবা রাখ অতু লৈরমই। মসি শান্ত ভাবনি। দাস্য ভাবতা ভক্ত অহানা মীনাই ১গী মতৌ গুম্না চংলি। মহাক্কী ঈশ্বরনা মহাক্কী মপুনি। হনুমান, ঈশ্বরগী ফিদম্লিঙাই ওইবা মনাই অমনি। সাখ্য ভাবতদি মান্নবগী রাখল লৈ। অর্জ্জুন অমসুং কুচেলগী ভাব অসি লৈরমই। বাৎসল্য ভাবনা ভক্ত অহুনা ভগবান্দা মহাক্কী

মচাগুম্মা য়েংথে। যশোদাদা ভগবান কৃষ্ণগীদমক্তা ভাব অসি লৈরমই। কৌশল্যাদা শ্রীরামগীদমক্তা ভাব অসি লৈরমই। কান্ত ভাবনা মুপীনা মপুরোইবদা মুংশিবা মনুংশি অদুনি। সীতা অমসুং রুকমিনিগী ভাব অসি লৈরমই। খ্বাইদগী রাংবা থাক অদুদি মাধুর্য্য ভাবতা য়োই। প্রেমিক অমসুং প্রেমিকা অনিমক লম য়োনা মুংশিবা অদুনা মরম ওইদুনা অমত্তমক ওইরকই। রাধা অমসুং মীরাগী অসিগুম্বা মথলগী প্রেম অসি লৈরমই।

অকোম্বগী ভাব অসি ভক্তিগী খ্বাইদগী রাংবা থাক্নি। ভগবান্দা মসি পুনশিনখিবা মত্রগা তিনশিনখিবনি। ভক্ত অদুনা ভগবাম্বু পূজা তৌই। মহাক্না মতম চুপ্পদা ঈশ্বরবু নিংশিংই। মহাক্না মহাক্কী মমিং শক শোল্লি। মহাক্না মহাক্কী মগুনশিং শীংথাই। মহাক্না মহাক্কী মিংথৈ হন্না হন্না শোল্লি নত্রগা জপ তৌই। মহাকনা মহাক্কী মন্ত্র থি। মহাকনা প্রার্থনা তৌই অমসুং শত্রাং ত্তিংথোক্তুনা খুরুমই। মহাকনা মহাক্কী লিলাশিং তায়। মহাকনা অমকপা লৈত্তনা, মরম থমদনা পুমকৎ কখোকই, মহাক্কী থৌজাল ফংই, মহাক্কা অমত্তা ওইনা লোয়নৈ অমসুং মমৈদা মঙোন্দা পুমত্তিন তিন-শিল্লি।

মাধুর্য্য ভাবতা, ভক্ত অমসুং ঈশ্বর অনিগী মরক্তা খ্বাইদগী নক্লবা মরি লৈ। কান্ত অমসুং মাধুর্য্য ভাবশিংদা ইন্দ্রিশিং পেন্নবগী ওইবা অপাম্বা য়াওদে। মখোয়দা অপাম

নুংশিগী মমি তাদে। নুপী-নুপা পামগনবা মীশিংনা মখোয়গী পুক্নিংশিং অহূ অপাম্বা অমসুং কাম ভোগকী রাখলনা থুম-হজুনা, ভাব অনিসি থঙবা ঙমদে। সুফিস্ত ঋষিশিংগীসু প্রেমিক অমসুং প্রেমিকাগী ভাব, মাধুর্য্য ভাব অসি লৈরমই। জয় দেবগী গীত গোবিন্দ মাধুর্য্য ভাবনা থল্লা য়াওই। ঈশ্বরদর্শনবাদীশিংনা শীজিন্নরিবা নুংশিবগী লোন অসি য়ুম-বাম্বগী বিষয়দা লুপ্লিবা মীওইশিংনা থঙবা ঙমদে। গোপিশিং রাধা, মিরা, তুকারাম, নারদ, হাফিজ—মখোয়শিং অসিতনা লোন অসি থঙবা ঙমই।

# পূজা

## অমসুং ইস্ট দেবতা

পূজা হায়বসি ধর্ম্ম-কর্ম্মগী ওইবা পালন তৌবগী ময়াম্না খঙনরবা মমিংনি, মসিগী অরচন, বন্দনা, ভজন অসিনচিংবা অর্ঘ মান্নবা মশীং লাকঙমদবা রাহৈশিং য়াম্না লৈ; মসিগী মনুংদা খরদি মশাগী করিগুম্বা ফিভমশিং লৈজে। পূজাগী ঈশ্বরদি ভক্তশিংনা পূজা তৌনরিবা ইষ্ট দেবতা নত্রগা লমজিংলিবা ঈশ্বর নত্রগা ঈশ্বরদুগী অকক্লবা শকওং অমনি, থুদম ওইনা, বৈষ্ণবশিংগীনা বিষ্ণু নত্রগা রাম অমসুং কৃষ্ণনচিংবা মাগী রূপশিং, শৈবশিংগীনা রূপ নিপান্দা লৈব শিব, শক্তিশিংগীনা দেবীনি।

ভক্তনা করিগুম্বদা মহাক্কী কুলদেব নত্রগা কুলদেবী, (শাগৈগী লাই নত্রগা লাইরেম্বী) বু মহাক্কী পূজাগীদমক্তা খল্লি। করিগুম্বদা মহাক্কী দেবতা অহূ মহাক্কী গুরু নত্রগা আধ্যাত্মিকী লমজিংবীরিবা অহুনা খনবী। করিগুম্বদম্ব মহাক মশামক্তা মহাক্কী পূক্কিংদা ফাওরকপা মতুং ইন্না দেবতা খল্লি। অসিগুম্বা রূপ অসি মহাক্কী ইষ্ট দেবতানি।

মপাম্ছোংগী পুজাদা, মূর্ত্তি (প্রতিমা), চেদা যেকপা লাই নত্রগা বিষ্ণু পুজা তৌবগীনা সলিগ্রাম নত্রগা শিব পুজা তৌবগীনা লিঙ্গ অসিগুম্বা পোং অমা শিজিন্নৈ।

পোৎ পুম্নমক পূজা তৌনকম ওইবা পোৎ ওইরবস্মু পোৎশিং অসিদগী মখোয়না পূক্লিংদা ফাওবনা মরম ওইহূনা মসিগীদমক্তা হেন্না মতীক চাবা অহূ মহৌশানা খল্লে। মূর্ত্তি অমনা নত্রগা প্রতীকশিং অহূগী মন্নুংদা অমনা উপাসক অহূগী পূক্লিংদা দেবতা অমগী য়াখল খলহল্লি। শলিগ্রাম নূঙ অমনা পুনশিনবা লায়না য়াহল্লি। মীপুম খুদিংমক্তা প্রতীক নৎত্রগা মূর্ত্তিগী অপাম্বা লৈ। মূর্ত্তি (বিগ্রহ), মুমিৎ, মৈ, ঈশিং,, গঙ্গা, শলিগ্রাম, লিঙ্গ পুম্নমকসি ঈশ্বরগী প্রতীকশিংনি মখোয়না সাধকশিংবু পূক্লিং অমত্তা ওইনা পুনশিনবদা ১স্নুং থম্মোই শেংনা লৈবদা মতেং পাংই। মখোয়শিং অসি উপা-সক অহূনা মখোয়গী হেন্দোক থোইদোকপা শক্তিশিংদা মহাক্কী থাজবা মতুং ইন্না খল্লবা মশাগী অপাম্বা পোৎশিংনি। পুম্নমক অসিনা মনোবিজ্ঞানিক ওইবা মও'দা খঙহল্লিবদি মসিনি— অকক্লবা পূক্লিং অমনা পোৎশিং নৎত্রগা মূর্ত্তিশিংগী পাম্বৈনা মানা পাম্বা মায়কৈদা চঙশিনবদা থবক ফজনা পাঙথোকই।

মী অয়াম্বনা থম্মোয় শেংদে নৎত্রগা পূক্লিং শোল্লি। মরম অহূনা মখোয়গী পূজা তৌনড়াই পোৎ অহূ অশেংবা ওইগদবনি। কাম বাসনা পোকহনবা অমস্নুং পূকনিংনা পাম-দবা পোৎ থাদোক্কদবনি। অদুবু অশেংবা পূকনিং লৈবা অমস্নুং মফম খুদিংমক্তা অমদি পোৎ খুদিংমক্তা ঈশ্বর লৈ হায়না উবা ঙম্বা সাধক অমনদি পোৎ মথল অমঃ হেক্তা পূজা তৌবা ঙমই।

পূজাদা, ঈশ্বরগী মহুৎ শিনবা ক্রিগুম্না মূর্ত্তি অমা নত্রগা লাই অমা পূজা তৌনগুাই পোং ওইনা শীজিন্নে। মূর্ত্তি অহুবু ঈরাংলি। মূর্ত্তি নংত্রগা নুঙ অমনা লাংলিবা অককুবা ঈশ্বর অহুগী রূপকী মহুৎ শিল্লি। লিঙ্গ অমনা শিবগী মহুত্তা শীজিন্নে। মসিনা অনিশুদবা, মওং লৈতবা ব্রহ্মগী মহুৎ শিল্লি। শ্রুতিনা লাউরি, "একমেবদ্বিতিয়মব্রহ্ম—ব্রহ্মাদ অমত্তনি, অনিশুদে।" মফম অসদা অনিগী (দ্বৈতগী) রা লৈতে। লিঙ্গ হায়বসি অরংবা অমম্মুং মীংয়েং চিংশিনগুাই ওইবা পোং অমনি। মসিনা পূক্নি. পুনশিন্নদা (Concentration নংত্রগা ধারানাদা) মতেং পাংই। রাবন্না লিঙ্গ পূজা তৌদুনা শিববু পেনহল্লমই অমম্মুং বর ফংলমই।

শালগ্রাম হায়বসি বিষ্ণুগী মূর্ত্তিনি। শলিগ্রাম হায়বসি বিষ্ণুগী খুদম্নি। শ্রীরাম, শ্রীকৃষ্ণ, কার্ত্তীক, গনেশ, হনুমান, দাত্তাত্রেয়, সীতা, লক্ষ্মী, পার্বতী, দূর্গা, কালী, সরস্বতী, অসিনচিংবা ভক্ত অহুগী অপান্নগা চানবা মতুং ইন্না অককুবা মূর্ত্তিশিং লৈ। বিষ্ণু অমম্মুং মহাকী অবতারশিংগী মূর্ত্তি, শক্তি অমম্মুং শিবগী মূর্ত্তিশিং অসি লাইশঙশিং অমম্মুং য়ুমশিংদা পূজা তৌনরিবা ময়াম্না খঙনরবা মূর্ত্তিশিংনি। তিরূপতি, পণ্ডপুর, পালানি, কাথিরগ্রাম অসিনচিংবা লাই-শঙশিংদা লৈরিবা মূর্ত্তিশিংসি শক্তি লৈরবা ইস্ট দেবতানি। মখোয়শিংসি হকথেংননা ফংবা (প্রত্যক্ষা) দেবতাশিংনি। মখোয়না ভক্তশিংদা বরশিং পী, মখোয়গী অনাবশিং ফহল্লি

অমম্বুং মখোয়দা দর্শন পী। ইস্ট দেবতাশিং অসিনা অচুকপা থৌদোকশিং থোকহল্লি। হিন্দু ধর্ম্মদা লাইয়াম থাজবা (politheism) লৈতে। শিব, বিষ্ণু, ব্রহ্মা শক্তি পুম্নক অসি ভগবানগী তোঙানবা রূপশিংনি।

ঈশ্বরনা মহাক্কী ভক্তশিংদা তোঙান তোঙানবা মওংদা মশক ফোংদোরকই। মহাক্না, ভক্ত অদুনা মহাক্কী পূজাদা খল্লিবা মওং অদুমক্তা মশক উৎলি। নখোয়না মহাকপু মখুৎ মরি পানবা ভগবান হরিনি হায়না পূজা তৌরবদি, মহাক্না নখোয়দা হরিগুম্না লাক্কনি। নখোয়না মহাকপু শিবগুম্না পূজা তৌরবদি মহাক্না নখোয়দা শিব ওইনা দর্শন পীগনি। নখোয়না মহাকপু ইমা দূর্গা নত্রগা কালীগুম্না পূজা তৌরবদি মহাক্না নখোয়দা দূর্গা নত্রগা কালীগুম্না লাক্কনি। নখোয়না মহাকপু ভগবান রাম ভগবান কৃষ্ণ, নত্রগা ভগবান দত্তাত্রেয়গুম্না পূজা তৌরবদি মহাক্না নখোয়দা রাম, কৃষ্ণ নত্রগা দত্তাত্রেয় ওইনা লাক্কনি। নখোয়না মহাকপু খ্রাইষ্ট নত্রগা অল্লাগুম্না পূজা তৌরবদি মহাক্না নখোয়দা খ্রাইস্ট নৎত্রগা অল্লা ওইনা লাক্কনি।

নখোয়না ভগবান শিব নৎত্রগা ভগবান হরি, ভগবান গনেশ, নৎত্রগা ভগবান সুব্রমনিয় নৎত্রগা ভগবান দত্তাত্রেয়, নত্রগা অবতারশিংগী মমুংদ' অমা, ভগবান রাম নৎত্রগা ভগবান কৃষ্ণ, সরস্বতী নৎত্রেগা লক্ষ্মী; গায়ত্রী নৎত্রগা কালী দূর্গা নৎত্রগা চান্দী পূজা তৌবা য়াই। পূম্নক অসি অমতা

ওইবা ঈশ্বর নত্রগা ভগবানগী মওংশিংনি। মিং অমস্তুং মওং কয়াগী মনুংদা পূজা তৌরিবদি ঈশ্বর অদুবুনি। পূজাদি মওং অদুদা লৈরিবা ঈশ্বরদুদা য়ৌই। মওং অমনা অমদগী হেল্লি হাযনা খনবসি অপঙবনি। মওং পুম্নমক অমত্তনি অমস্তুং মাইন্নে। শিব, বিষ্ণু, গায়ত্রী, রাম, কৃষ্ণ, দেবী, ব্রহ্মা অমত্তনি। মী পুম্নমক্না চপ মান্নবা ঈশ্বর অদুবু পূজা তৌরিবনি। খেন্ন-রিবদি উপাসকশিং অদু খেন্নবনা মরম ওইদুনা মমিংশিংত্তমক খেন্নবনি, তৌইগুম্বস্তুং পূজা তৌনকম ওইরিবা পোৎ (ইস্ট-দেবতা) অদুদা নংত্তে। পঙবনা মরম ওইদুনা তোঙানবা ধর্ম্ম চৎপশিং অমস্তুং তোঙানবা জাতিশিংনা মখোয় মশেন অমগা অমগা ফুনৈ অমস্তুং খংনৈ।

# হৌগৎলক্লিবা সাধক অমগী

১ [illegible] মফমদ [illegible]

# মূর্ত্তিনা ঙাক্লৌনি

হৌগৎলক্লিবা আধ্যাত্মিকী সাধক অমদা মূর্ত্তিনা তেংবাংনি। মসি মহাকী অধ্যাত্মিকী নৌরিঙৈগী ঙাক্লৌনি। হৌগৎলকপদদি রূপ নত্রগা মূর্ত্তি অমা পূজাদা চঙদবা য়াদে। মসি পুজা তৌনবা ঈশ্বরগী মপান্থোংগী খূদম্নি। মসি ঈশ্বরবু নিংশিংহন্নবা অমনি। পোৎচাকী ওইবা মূর্ত্তিনা পূক্লিংগী ওইবা ভাব অমা শেমগৎহল্লি। মূর্ত্তি পূজা তৌবনা পুক্লিংগী অঙাংবা কিভম অহু ফংবা ঙমই। পূজা তৌরিবা মী অদুনা; ঙমখৈ নাইদবা, শক্তি .পুন্নমক চেনবা, পুন্নমক খঙবা রাখল রাঙাং অমদি থবক্তা মোত্তবা, মপুং ফাবা নিং তম্বা, অশেংবা, অচুম্বা মফম খুদিং শিন-থুংনা লৈবা অসিনচিংবা রাখলশিং অসি শাগৎকদবনি। মপুঙ ফাবা নত্রগা ঙমখৈ নাইদবা পুক্লিং থম্বা হায়বসি মী পুন্নমকী ওইনা ওইথোক্তে। মী অয়াম্বশিংগীদমক্তদি পুক্লিং পুনশিন্নবগীদমক্তা শক্লাইবা মওং অমা দরকার লৈ। মফম খুদিংমক্তা ঈশ্বরবু

উবা অমসুং মক্ষম থুদিংমক্তা ঈশ্বর লৈ হায়না অভ্যাস তৌবসি অচম্বা মীশিংগীদি ওইথোক্কে। হৌজিক্কী মতমগী মীশিংগীদমক্তদি মুর্ত্তি পূজানা থাইদগী লায়বা উপাসনা তৌবগী মওংনি।

পূক্লিং হাপচিন্নবগীদমক্তা, প্রতীক অমা থাদোকপা তুকয়া য়াদে। পূক্লিংনা ঙাথনবা ঙাক্লো অমা পাম্মী। হৌগংলকপগী থাকশিংদদি মসিগী মপুং ফাবগী রাখল অদু লৈবা ঙমদে। হৌগংলকপা থাকশিংদদি মপাম্থোংগী মতেং খরা য়াওদনা পূক্লিং অসি পুনশিনবা ঙমদে। হৌগংলকপদদি প্রতীক অমা য়াওদনা পূক্লিং পূনশিনবা (ধারানা) নত্রগা ঈশ্বরগী মরমদা পূক্লিং চঙনা থনবা (ধ্যান তৌবা) ওইথোক্কে।

———

# মীপূম খুদিংমক
# মূর্ত্তি পূজা তৌবনি

বেদশিংদদি মূর্ত্তি পূজা তৌবগী রাফম অমত্তা পন্দে। পুরানশিং অমস্তুং আগমশিংদদি, য়ুম অমস্তু; লাইশঙদা মূর্ত্তি পূজা তৌবগী মরমদা শন্দোক্লা পল্লি। মূর্ত্তি পূজাসি হিন্দু ধর্ম্মদা অঙকপা অমা নত্তে। খৃস্টিয়ানশিংনা ক্রোস পূজা তৌই। মখোয়গী পূক্লিংদা ক্রোসকী মূর্ত্তিহ্ লৈ। মহম্মদান-শিংনা লাই খুরুম্বা অমস্তুং প্রার্থনা তৌবা মতমদা "কবা" নুঙগী মূর্ত্তি থমই। যোগী খরা অমস্তুং বেদান্তিন খরা নত্তনা পৃথিবী পুম্নমক্কী মীশিংদি লোইনা মূর্ত্তি পূজা তৌবা ঙাক্তনি। মখোয়না মূর্ত্তি খরা নত্রগা অনা পূকনিংদা থমই।

পূকনিংগী মূর্ত্তিস্ম মূর্ত্তিগী মনু' চল্লি। খেন্নরিবদি মখলদা নংতে, চা দনি। ফনাশিংবা ওইরবা ফাওবদা, উপা-সক খুদিংমকনা পূকনিংদা মওং নাইবা অমা শেমই অদুগা পূকনিংবু মূর্ত্তি অদুদা লৈকল্লি। মীপূম খুদিংমক মূর্ত্তি পূজা তৌবনি। চেনা য়েকপা লাইশিংস্ম প্রতিমাগী মও' ঙাক্তনি। অপোবা পূকনিংনা শকনাইবা প্রতীক অমা ঙাক্লো ওইনা চঙই, অকুপ্পা পূকনিংনা গুন ওইনা লৈবা প্রতীক অমা চঙই।

বেদান্তিন অমক্তাওবা অঙাওবা পুক্নিং লাকশিন্নবগীদমক্তা 'ওঁ' হায়বা খুদম্সি থম্লই। মূর্ত্তি হায়বসি চিত্র নত্রগা নুঙ অমস্তুং উগী মূর্ত্তিশিং অহুতবু নত্তে। তর্কবিদ্যা হৈবশিং অমস্তুং লু-চিংবশিং ফাওবা মূর্ত্তিশিং ওইনা লৌনরকই। মরম অদুনা মূর্ত্তি পূজা তৌববু করিগীদমক্তা লাল্লে হায়গদৌরিবনো?

---

## মূর্ত্তি পূজা, ঈশ্বরগা অমত্তা ওইনবগী উপায়নি।

মূর্ত্তিশিংসি লাই শাবশিংগী কান্নদবা থাখল নত্তে; তৌইগুম্লস্তুং ভক্তগী থম্মোইবু চিংশিন্নিব, অমস্তুং ঈশ্বর তম্না চেনশিনহল্লিবা অথোইবা ঈরমশিংনি। মূর্ত্তিবু পূজা তৌরবস্তু ভক্ত অদুনা মসিগী মনুংদা ভগবান লৈ হায়না খল্লি অমস্তুং মসিদা মহাক্কী ভক্তি অদু হৈজিল্লি। অপাম্বনা খুদুম চল্লবা হৌজিক্কী মতমগী মী অমগী মীংয়েং থনজিল্লিবা অমস্তুং মহাকপু ফজরবা অমদি শুম্মাংপগী মশক ওইরবা মূর্ত্তিশিংদা

লৈবা ঈশ্বরগী অশেংবা মশক উহল্লিরবসি মহাক্কী য়াম্না শাথিবা পঙবা অদুননি। হৌজিক্কী শতাব্দীগী বিজ্ঞানগী পোথোক-শিংনা মূর্ত্তি পুজাগী চীঙলেম্না ফজবা অদুগী মরমদা নখোয়বু থাজহনবা ঙমগনি। কমদৌনা কারাবাংশি ওমস্তুং বক্তাশিংনা রেডিও কৌবা অপিকপা উপু মাঙ্গা পোৎ অমদা পুক্লিং লুপশিন্দু-না লৈরিবনো? মসি মেচিনগী থরায় পান্দনা শাগৎপা ইচম চম্বা পোৎ অমনি। নখোয়না মসি লংথোকপ্রবদি মচেৎ লিশিংথোক্লা কায়গনি; অমস্তুং অদুম ওইনমক নখোয়না কমদৌনা শীজিন্নগদগে থঙলবদি, মসিগী মতেংনা মাইল লিশিং কয়া লাপ্পা মফমদা শকপা ঈশে, পৃথিবীগী খ্বাইদগী লাপ্পা মফমদা পী বক্তৃতা তাবা ঙমগনি। রেডিও রিসিভিং সেটতা নখোয়না পৃথিবী পুম্নমক্কী মীশিংগী খোঞ্জেনগী ঈথকশিং ফাবা ঙম্বগুম মূর্ত্তি অমগী ঊপাইনা মফম খুদিং শীনবা থুংনা লৈবা ঈশ্বরগা অমতা ওইনা রারা রাগাই শানবা ওইথোকই। মফম খুদিংমক্তা লৈবা ঈশ্বরগী লাইওইবগী মতৌ অহু জগতকী এতোম খুদিংমক্তা নিক হাইত্রনা লৈরিবনি মহাক্লা লৈতবা অহাংবা মফম অমফাওবা লৈতে। অহু ওই-রবদি নখোয়না করিগীদমক্তা মহাকনা মুর্ত্তিশিংদা লৈতে হায়গদৌরিবনো? অতোপ্পা মী থরনা য়াম্না থাজনা হায়-রমই, “ঈশ্বর হায়বসিদি মফম খুদিংমক্তা শীন-থুংনা লৈবা মওং লৈতবা অহিংবা পোৎ অমনি। মতৌ করম্না মহাকনা মূর্ত্তি অসিদা তুংশিন্দুনা লৈগদৌরিবনো?” অসিগুম্বা মীশিং

অসিনা মহাক্তী মকমদা পুক্নমক পীনখুংনা লৈবা লাইহৈবশী মতৌ অহুবু মতম চুপ্পদা খঙলব্রা? মখোয়না মতম চুপপা পোৎ খুদিংমক্তা মহাক্কবু উবব্রা? নত্তে, মখোয়গী অকক্ন-কাবনা মখোয়ব ঈশ্বরগী মূর্ত্তিশিংদা চক নোনবদগী থিংলি-খনি অমম্তুং বাখল অহনা মখোয়গা অসিগুম্বা নাত্তে চাদবা রাম্ভাং অসি চাংলিবনি।

থন্দবা চক্ষুশিংতনা মখোল য়াম্না হৌই। শেংবা ধ্যান অমম্তুং পূজা তৌরিবা, জ্ঞান অমম্তুং অশেংবা ভক্তিতনা থবা লৈবা মীদুদি মতম চুপপদা ছুমিন লৈ। মহাক্না ছুমিন লৈবদুদা অতোপ্পশিংদা থৌইনশিন পী অমম্তুং তম্বী। মহাক-তনা মুস্তিসি হৌগংলকপদা পূক্নিং পুনশিন্নবগীদমক্তা দরকার ওই নত্রগা ওইদে চায়বা খঙবা ঙমই। য়াম্না শিংবা ওইর-বস্থু কনাগুম্বা অমনা হৌগংলকপদদি, প্রতীক থবগী মতেং য়াওদনা পূক্নিং পুনশিনবা ঙমদে। বুদ্ধি লৈবা অমম্তুং বিদ্যা হৈবা মী অমনা মহাক্তী চাউথোকপা অমম্তুং মাপলনা মরম ওইদুনা হায়, "ঐদি মূর্ত্তি অমা পামদে। ঐনা মঙং নাইবা পোৎশক অমদা পূক্নিং হাপচিনবা তৌনিংদে।" মহাক্না মঙং লৈতবা পোৎ অমদা পূক্নিং পুনশিনবা ঙম্মোই। মঙং নাই-বা পোক্তা ধ্যান তৌরিবদু মীনা খঙব্রগা নোক্নগনি। চায়না মহাক্না থন্নি। কৈদৌঙৈদম্ক মহাক্না মঙং নাইদবা অমদা ধ্যান তৌবা নত্তে। মহাকনা ইচম চম্না চাংবা মরৈ য়েংপা অমম্তুং বা হৌদোকপতনি। মহাকনা দরকার লৈতনা

ধূপ-নৈবেদ্যদা পুক্নি মাংহল্লি। মহাক্কী অভ্যাসকী মাতুংদা অমমদা কচ্ছনা চৌনি চোক্নগী হেল্লি। বুদ্ধি লৈবা মীশিংগী মকমদা বুদ্ধিনা অয়েংপা ওই। মখোয়না হায়, "ব্রহ্ম লৈ হায়বসি রাখল্লি, সমাধি হায়বসি রাখলগী ব্রবনি অমমত্তং জ্ঞান কংবা হায়বসি বেদান্তিনশিংগী ভাবনা শাক্তিনবনি।" কয়াদা পঙ্গ্রবা জীবশিংনো। মখোয়না অপঙ্গবা মাইকৈদা কুমথরি, মখোয়বু সংসারিকী ওইবা জ্ঞান্না পুথরি, আত্মাজ্ঞানগা চাংদম্নরবদি মখোয়গী জ্ঞানসি ইচম চম্বা কুম্না-বাম্নি। অসিগুম্বা মীশিং অসিগী অরান খুভম কংক্নিংবগী আশা লৈতে। অহান্নদা, মখোযগী অরানবা শংস্কারশিং অদু সংশঙ্ক তৌহুনা অকবা শংস্কারশিংনা চামথোক্কদবনি। অদুগুদা মখোয়না মখোয়গী অরানবশিং অদু খঙগনি। ভগবান্না মখোয়দা অশেংবা জ্ঞান ফংনিংবগী ইথৌ লাংবা অদু পীন-বীরসন্নু।

——————

# মূর্ত্তি ঈশ্বরগী প্রতীক অমনি

মূর্ত্তিসি মচুং শিনবনি নত্রগা প্রতীক্নি। লাইশংদা লৈবা মূর্ত্তিসি, নুং, উ নত্রগা ধাতুনা শাবা ওইরবসু ভক্ত অমগীদি, মসিনা মহাক্কী মবুংঙোগী খুদম পুবনা অমদি মসিনা অশেংবা অমসুং অরেপ্পা করিগুম্বা থরগীদমক্তা লেপ্পা মরম্মা মমল য়ামই। ফিরাল অমসি মচু শংবা ফি মচেং অমনা ওইবনি। তৌইগুম্বসুং লাম্মী অমগী মফমদদি মসি মহাক্কা য়াম্না নুংশিজবা করিগুম্বা পোং অমনি। মহাক্কা মপুন্সিবু মহাক্কী ফিরাল কম্মবা হোংনবদা থাদোক্কে শেম শাম্মই। অসুম্না মূর্ত্তি হায়বসিবু ভক্ত অমনা য়াম্না নুংশিজ্জে। মসিনা মঙোন্দা ভক্তিগী ৱাহৈশিংদা ৱা ঙাংলকই। ফিবালনা লাম্মীদা লানগী থৌনা হাপকংপগুম মূর্ত্তিনা ভক্তদা ভক্তি হাপকংলি ভংবান্না মূর্ত্তিদা তুংশিন্দুনা লৈ অমসুং মূর্ত্তিহনা উপাসক অহুদা ঈশ্বরগী ৱাখলশিং পোকহল্লি।

অঙৌবা চেজম মচেং অমগী নত্রগা মচু শংবা চে অমগী কাম্নবা থোইনা লৈতে। নখোয়না মসি হুন্দোক্কনি। তৌইগুম্বসুং চে অমদা স্টাম্প নম্নবদি নত্রগা নিংথৌ নত্রগা নিংথৌরেলগী লাই য়েক্লবদি, নখোয়না মসিবু শেক্লাওদা নত্রগা উপূদা চেক্কশিন্না থমজিল্লি। অসিগুম্না, অচম্বা চেজেং

অমসি নখোয়গী কান্নবা ওইদে। নখোয়না মসিবু লৌথোকই। তৌইগুম্বস্থুং নখোয়না পণ্ডরপুরদা লৈবা ভগবান কৃষ্ণগী নুঙগী মূর্ত্তি নত্রগা লাইশংশিংদা লৈবা অতোপ্পা মূর্ত্তি উরবদি নখুং লোম্নহুনা কোক নোল্লি, মরমদি নুঙ অহুদা ভগবানগী মশক তাক্লবা খুদম যাওরি। ভক্ত অদুনা নুঙগী মূর্ত্তি অদুদা মহাক মশামক্কী চান্ন থোইন্নবা অমগুম্না লৌই অমস্থুং মূর্ত্তি অদুদা ভগবানগী গুন পুমনমক হাপচিল্লি।

মূর্ত্তি অমা পূজা তৌবা মতমদা—"মূর্ত্তি অসি জয়পুরদগীনি। মসি প্রভু সিংহনা পুরকপনি। মসিগী মমল ঐনা লুপা ৫০০ পীথি"—অসিনচিংবা রাশিং অসি নহাকনা হায়দে। নহাকনা ভগবানগী গুন পুমনমক মূর্ত্তি অদুদা হাপচিল্লি অমস্থুং হায়জে, "হে অন্তর্যামী, নহাক্কী মফম খুদিং শীন থুংনা লৈ; নহাক শক্তি পুম্নমক চেনবনি, পুম্নমক খঙবনি, থৌজালনা থনবনি। নহাক পুম্নমক্কী হৌবকফমনি। নহাক নশা নতোমতা হিজবনি। নহাক সৎ-চিৎ আনন্দনি। নহাক অরেপ্পনি, হোংবা নাইদবনি। নহাকনা ঐগী পুন্সিবী পুন্সিনি, থরায়গী থরাযনি। ঐখোন্দা মঙাল পীনবীয়ু, জ্ঞান পীনবীয়ু। ঐবু মতম চুপ্পদা নখোন্দা লৈহনবীয়ু।" নহাক্কী ভক্তি অমস্থুং ধ্যান অদুনা কলাশিল্লক্লবা অমস্থুং রূপশিল্লক্লবদা নহাকনা নুঙগী মূর্ত্তি ওইনা উদে। নহাকনা চৈতন্যগী মশক ওইরবা ভগবানতমক উগনি। মূর্ত্তি পূজা তৌবসি হৌগৎলক্লিবা সাধকশিংগীদমক্তা যামনা দরকার ওই।

# মূর্তি অসি বিরাটকী মপুমগী ওইবা শরুক অমনি

হৌগংলক্লিবা সাধক অমগীদি, প্রতিমা অসি শোযদনা চঙদবা যাদে। মূর্ত্তি অমা পূজা তৌবদা ঈশ্বরনা পেল্লি। প্রতিমা অসি পোংচাক মঙোনা শাবনি। পোংচাক মঙোনা ভগবানগী হকচাং শাগংলি। মূর্ত্তি অদুদি মূর্ত্তি অমা ওইহনা লৈহৌই, অদুগা পূজা অদুদি ভগবান্দা যৌথি।

নহাক্না নিপা অমগী মখুং শোক্লবদি, মহাক্না যাম্না পেল্লি। নহাক্না মহাক্কী হকচাংগী অপীকপা শরুক অমত্তমক শোকপনি, অদুবু মহাক্নদি যাম্না হয়াওই। মহাক্না মোমোন তোকই অমসুং নহাকপু তরাম তরাম্না তৌই। অসুম্না ভগবানসু মহাক্কী বিরাট দেহগী অপীকপা শরুক অমা পূজা তৌবদা হায়নগাই লৈতনা পেল্লি। মূর্তি হায়বসি ভগবানগী দেহগী শরুক অমনি। জগৎ পুম্নমক্লি মহাক্কী দেহনি, বিরাট রূপনি। ভক্তি অদু ভগবানগী মফমদা যৌথি। উপাসক অদুনা মূর্তি অদুদা ভগবান অমসুং মহাক্কী গুন পুম্নমক্কী ভাব হাপচিল্লি।

মহাক্মা ভগবানবু ইকাই খুমনবা উৎনবগী নক্সগা সেবা তৌ-নবগীদমক্তা মূর্ত্তি অদুগী সেবা মথল তরাতক্কক পাংথোকই। মথোয়দুদি—পাদয়ম (চয়ম ঈশিংনা শেংদোকপা), অরঘনম (ঈশিং কৎপা), আসন (ফিদুপ চুমনা ফম্বা), স্নান (ঈরুজবা) ফি কৎপা, ধূপ কৎপা, আরতি কৎপা, মহানৈবেদ্যম (তশোই-বা পোৎচংশিং কৎপা) অসিনচিংবসিনি। অসিগুম্বা মথলগী পূজা অসিদা কোয়চং চৎতুনা চৈরিবা পুক্লিংসি অরেপ্পা ওই-রকই। সাধক অদুদা মথং মথং ভগবানগা খ্বাইদগী হেন্না নকুবগী রাখল ফাওরকই। মহাক্মা খঙ্গোই শেংনা লৈবা ওমই অমম্তুং তপ্না তপ্না মশাগী অহংকার মক্ত ফংনা মাঙ-হল্লি।

প্রতীক থাজবা উপাসক অমম্বী মফমদদি করিগুম্বা মথল অমগী মূর্ত্তিসি নূং, লৈথোম, পিথাই. অয়েকপা লাই, শালগ্রাম অসিনচিংবগী মওংদা লৈবা ভগবানগী দেহনি। অসিগুম্বা মথলগী পূজাসি মূর্ত্তি পূজানি হায়বা কৈদৌঙেদম্লু য়াদে। পোৎ খুদিংমক অসি ঈশ্বরগী ফোংদোয়কপা শকতম অমমম্নি। ঈশ্বর হায়বসি লৈরিবা পোৎ খুদিংমক্তা যাওই। পোৎ খুদিংমক অসি পূজা তৌনফম পোৎ ওাক্তনি, মরমদি পুম্নমক অসি পূজা তৌনফম ওইরিবা ঈশ্বরগী ফোংদোকপা শক্তমনি। পোৎশিংদা অস্নুমনা য়েংবগী মতৌ অসি ভক্ত-শিংদা লৈগদবনি। ভক্তীগ্রবা পুকনিং অসি পোৎশিংবু মথক্তী মওং অস্নুমনা য়েংবা ওমনবা ভক্তীগদবনি।

---

# মূর্ত্তি পূজানা ভক্তি চাউখৎহল্লি

মূর্ত্তি পূজানা পূক্নিংবু চম্না অমস্তুং লায়না পুনশিনবা ঙমহল্লি। নখোয়গী পূক্নিংগী মীৎশিংনা নখোয়না খঙবা ভগবানগী অখন্নবা অবতারশিংনা শান্নখিবা লিলাশিংগী মরমদা পুথোক্লুনা উবা ঙমই। মসি আত্মা-জ্ঞান ফংনবগী খ্বাইদগী লাইবা পান্থৈশিংগী মনুংদা অমনি।

মমিং চংপা লান্দা থোবা মী অমগী অয়েকপা মূর্ত্তিনা নখোয়গী থম্মোয়দা বীরগী গুন পোকহনবগুম, ঈশ্বরগী অয়েক-পা মূর্ত্তিদা য়েংবদা নখোয়গী পূক্নিংশিং অতু ঈশ্বরগী ওইবা অৱাংবা ৱাখলশিংদা কাখৎলকনি। অঙাংনা, ফিজেৎনা শাবা শান্নপোংকী অঙাংগা শান্নদুনা অমস্তুং মদুবু ভাবকী ওইবা খোম পীথক্লুনা মমা ওইবগী ৱাখল অমদি তুংদা অঙাংবু য়েংশিনবগী, য়োকপগী, অমদি ঙাকপগী ৱাখল শাগৎপ গুম ভক্তনা প্রতিমাবু পূজা তৌদুনা অমস্তুং মদুদ পূকনিং চঙ-দুনা ভক্তিগী ৱাখল চাউখৎহল্লি।

চাং নাইনা পূজা তৌবনা মূর্ত্তিদা লৈবা
লাইওইবগী ফিভম অদু হাংদোকই।

চাং নাইনা ঈরাংপা, পূজা তৌবা অমস্মুং ঐখোয়গী মূর্ত্তিদা লৈবা লাইওইবগী মতৌ শকখঙনবা নুংগী রাখল তশেংনা উংথোকনবগী যৌওং কযানা মরম ওইদুনা মূর্ত্তিদা লৈবা লাইওইবগী ফিভম অদু হাংদোরকই। থাঙ্গেশেংনা মসি অঙকপনি অমস্মুং লাইগী খুজিন্দগী থোকপা থৌদোক অমনি। অযেকপা লাই অদু অহিংবা ওইরকই। মূর্ত্তিনা রা ঙাংলকই। মসিনা নখোয়গী রাহংশিংগী পাউখুম পীগনি অমস্মুং নখোয়গী সমস্য কয়াগী পাউখুম পীগনি। নখোযদা লৈবা ঈশ্বর অদুদা, মূর্ত্তিদা থুপ্পুনা লৈরিবা লাইওইবগী ফিভম অদু হৌগৎহন্নবগী শক্তি লৈ। মশি, লশিং মপৈ অমদা নুমিৎকী মঙালশিং পূনশিনহল্লিবা শক্তি লৈরবা স্মূর্য্য-মনি অমগা মান্নৈ। স্মূর্য্যমনি অসি মৈ নত্তে অমস্মুং লশিং-স্মু মৈ নত্তে, অদুগা নুমিৎকী মঙাল অদুক্তনা লশিং অদু চাকহন্নবা ঙম্বস্ম নত্তে। অদুম অসি অকক্লবা ফিভম অমদা থম্লবতদা মৈ হৌরকই অমস্মুং লশিং অদু চাকথেকই। অসি-গুম্না, মূর্ত্তি, সাধক অমস্মুং মফম খুদিং শীনবা থুংনা লৈরিবা

ঈশ্বরদস্থ ওইরিবনি। পূজানা মূর্ত্তিবু ঈশ্বরগী ওইবা অরংবা মঙালদা ঙালহল্লি। মতাং অসিদগী মহাক্না নহাকপু থোই-দোক হেন্দোকপা মওংদা ঙাক শেনবীগনি। মূর্ত্তিনা লাইগী ওইবা অঙকপশিং শান্নরক্কনি। মসি থম্লিবা মফম অদূ খু-দক্তা লাইশঙ অমা ওন্থোরকই নত্তে; থাক্নশেংনমক বৈকুণ্ঠ নংত্রগা কৈলাস অমা ওইরকই। অসিগুম্বা মফমদা লৈরিবা মীশিং অদু অরা অনা কয়াদগী, লায়না কয়াদগী, মাইথিবা কয়াদগী অমস্তুং সংসারসিমক্তগী লাম্থোরকই। মূর্ত্তিদা ফোং-দোরক্লিবা লাইওইবগী মতৌ অদুনা মঙোন্দা চঙজরিবা মীশিং অদুদা থ্বাইদগী ফবা পীনবীদুনা, পুম্নমকপু পেনবীবা, ঙাক-শেনবীবা লাইগী দূত অমগী মতৌগুম্না থবক তৌরকই।

———— —

# মূর্ত্তি অসি চৈতন্যগী মপৈ অমনি

মূর্ত্তি অসি ঈশ্বরগী খুদম অমা ওইবতনি। ভক্ত অমনা মসিবু নুঙগী মওং অমগুম্না নত্রগা ধাতুগী মপৈ অমগুম্না উদে। মাগী মফমদদি মসি ঈশ্বরগী খুদম অমনি। মহাক্না মূর্ত্তি অদুগী মমুংদা লৈরিবা অতুমক উই। শৈব নয়ানরশিং নৎত্রগা খা ভারতকী ঋষিশিংনা লিঙ্গম, ভগবান শিবগী মূর্ত্তি পূজা তৌদুনা ঈশ্বর ফংলমই। ভক্ত অমগী মফমদা মূর্ত্তি অসি চৈতন্য নৎত্রগা হকথেংনবা জ্ঞানগী মপৈ অমনি। মহাক্না মূর্ত্তিদগী ঈশ্বরগী ওইবা শক্তি লৌই। মূর্ত্তিনা মহাকপু ঙাক্তুনা থম্মী। মসিনা মঙোন্দা ৱারী শারকই। মসিনা হিরম কয়াদা মহাক্কী মতেং পাংনবা মীগী শক্তম লৌরকই। খা ভারতকী মদুরাই লাইশংদা লৈবা ভগবান শিবগী মূর্ত্তিনা শীঙ চনবা অমগা অহন ওইরবী নুপী অমগগী মতেং পাংখিরমই। তিরুপতিগী লাইশংদা লৈবা মূর্ত্তিনা মীগী মশক লৌদুনা কোর্টতা চৎতুনা সাক্ষী পীদুনা মহাক্কী ভক্তশিংগী মতেং পাংখিরমই। অঙকপা অথুপ্পা কয়ামুক লৈরি। ভক্তশিংতনা মখোয়শিংসি খঙবা ঙমগনি।

# মূর্তিনা অহিংবা ওইরক্কবদা

ভক্ত অমা নংত্রেগা ঋষি অমগী মফমদদি জড নংত্রেগা থৱায় পান্দবা অমত্তা লৈতে। পোং খুদিংমক বাসুদেবনি নংত্রেগা চৈতন্যনি—বাসুদেব সর্বম ইতি। ভক্তশিংনা মুর্তিদা ভগবান তশেংনা উই। নরসি মেহতাদা রাজা অমনা চাং য়েংলমই। রাজানা হায়রমই, "হে নরসি, নহাক্না ভগবান কৃষ্ণগী থম্মোই শেংনা ভক্ত অমা ওইরবদি অমদি নহাকনা হায়বা মতুং ইন্না মূর্তিসিনা ভগবান কৃষ্ণমক ওইরবদি, মূর্তিসি তম্ক্কা লেঙহল্লু।" নরসি মেহতাগী লাইশোন্না মরম ওইদুনা মূর্তিনা লেঙখিরমই। শিবগী মূর্তিগী মমাংদা য়াওরিবা নন্দি হায়রিবা শল্লাংবা অদুনা তুলসীদাসনা কংপা চীঙ্গাক চাখিরমই। মূর্তিনা মীরাবাইগা লোয়ননা শান্নরমই। মহাক্কী মফমদদি মূর্তিসি অহিংবনি অমসুং জ্ঞান-স্বরূপনি।

অপ্পায়া দিক্ষিতরনা খা ভারতকী তিরুপতি লাইশংদা চংপা মতমদা বৈষ্ণবশিংনা মহাকপু চঙহন্নমদে। মথংগী অয়ুক্তা লাইশংদা লৈবা বিষ্ণু মূর্তিনা শিবগী মূর্তি ওন্নকপা অদু মখোয়না থেংনরমই। মহক্ত অদু য়াম্না ঙক্নমই অমসুং খংলমই, অপ্পায়া দিক্ষিতরদা ঙাকপীনবা হায়জরমই অমসুং মূর্তি অদু অমুক হন্না বিষ্ণুগী মূর্তিদা ওন্থোকহনবীনবা হায়জরমই।

কানক দাস হায়বসি খা ভারতকী খা থংবা কানারা জিলাদা লৈবা উদিপি হায়বা মফম অহুদা লৈবা ভগবান কৃষ্ণগী চাউরবা ভক্ত অমা ওইরমই। মহাক অতোনবা শাগৈদা পোকপা মরমনা লাইশংদা চঙহল্লমদে। কানক দাসনা লাইশং অহুগী অকোয়বদা কোযনা চৎলমই অমসুং লাইশং অহুগী মনিংদা অপিকপা মীহুৎথোং অমা উরমই। মহাকনা ভগবান কৃষ্ণবু থাগৎপগী ভজনশিং শকপা মতমদা মহাক মশামক মাঙখিবমই। মীয়াম্না মাগী অকোযবদা কোযশিল্লমই। মহাকী ঈশৈগী ফজবা খোঞ্জেল অমদি মহাকী অযোবী ভক্তি অহুনা মখোয়বু অঙকপা ফংনা কন্না চিংশিল্লমই। ভগবান কৃষ্ণনা কানক দাসপু মহাকী দর্শন ফংহনবীগে হায়দুনা অকোযবদা চৎলমই। পুরোহিতশিং অহু ঙকপনা থল্লমই। ঙসিফাওবদা তীর্থ চৎপশিংদা কানকদাসনা ফমদুনা ঈশৈ শক্লম্বা মফম অমসুং মিহুৎথোং অহু উংতুনা হেংকন্নরি।

মূর্ত্তি অমসি ভগবানমক্তা চপ মান্নে, মরমদি মসি দেবতাগী মশক ওইরিবা মন্ত্র চৈতন্যগী ফোংদোরক্লবগী গারীনি। ভক্ত অমনা লাইশংদা লৈবা মূর্ত্তিদা, ভগবান মশামক্তা মমাঙদা মী ওইনা থোরক্তুনা শেংলবা খোঞ্জেলদা মঙোল্দা বা ঙাংলকপদা মহাক্তা উংকদবা ব্যবহার অহুগা চপ মান্ননা উংকদবনি।

# বেদান্ত অমসুং মূর্ত্তি পূজা

শাশিন্নবা বেদান্তিন অমনা, লাইশংদা মূর্ত্তি অমগী মমাংদা নোনবা নত্রগা শত্রাং তিংথোক্লুনা থুরুম্বা ইকাইবা পোকই। মহাক্না শত্রাং তিংথোক্লুনা থুরুম্নবদি মহাকী আদ্বৈত অত্থু মনিল ওনস্রগনি থল্লি। অফাওবা তামিলগী ঋষিশিং—অপ্পার, সুন্দরর, সম্বন্ধরনচিংবগী পুন্সিশিং নৈনৌ। নখোয় খ্বাইদগী য়াংবা অদ্বৈতগী ওইবা জ্ঞান ফংখিরমই। মখোয়না মফম পুন্নমক্না ভগবান শিব উরমই অমসুং অত্থুম ওইনমক মখোয়না শিবগী লাইশং পুম্নমক চংতুনা য়েংলমই, মখোয়গী মমিংশিং হৌজিকফাওবা রেকোর্ড তৌহনা থম্লি। নয়ানরগী ঋষি হুম্ফূহুমদোইনা চারিয়াই অমসুং ক্রিয়াই অভ্যাস তৌরমই অমসুং মদূনা ঈশ্বর ফংখিরমই। মখোয়না লাইশংগী লৈমায় শীংলমই, লৈশিং থিদূনা ঈশ্বরগী লৈ পরেংশিং শেংলমই অমসুং লাইশংদা মৈ থাল্লমই। মখোয় লাইরিক হৈরমদে, অদূবু খ্বাইদগী য়াংবা ঈশ্বরগী জ্ঞান ফংলমই। মখোয় মশামক্না চংপা যোগীশিংনি অমসুং মখোয়গী থম্মোইশিং অদূ অশেংবা ভক্তিনা পূমথুম থুম্নাংলমই। মখোয়

কর্ম যোগগী শক্তমশিংনি। পুম্নমক্তা অপুনবা যোগ (yoga of synthesis) অভ্যাস তৌরমই। মখোয়গী মফমদদি লাইশংদ্দা লৈবা মুর্ত্তিসি চৈতন্য নংত্রগা হকথেংনবা জ্ঞান্নি। মসি ইচম চম্বা নুঙ মপৈ অমা নত্তে।

আদ্বৈত সাক্ষাৎকার ওইরবা, আত্মাগী অমত্তা ওইবা মশক খঙলবা, আদ্বৈত ভাব লৈরবা, মধুসূদন স্বামীনা মখুত্তা বাঁশী পায়বা ভগবান কৃষ্ণগী মূর্ত্তিদা কন্না পামশিল্লমই।

তুলসীদাসনা মফম খুদিং শীনথুংনা লৈবা ঈশ্বর মশক খঙলমই। মহাক্না খরাইদম্বী রাংবা হকথেংনবা জ্ঞান ফংলমই। মহাক্না মফম মফম খুদিং শীনথুংনা লৈবা, মও' লৈত্তবা ভগবানগা অমত্তা ওইরমই, অদুম্বুং অহুম ওইনমক মখুত্তা লিক্রুং পায়বা ভগবান রামবু মহাক্না পামজবা অহুদি থাদোকলমদে। মহাক্না বৃন্দাবন্দা চংপদা, মখুত্তা বাঁশী পায়বা ভগবান কৃষ্ণগী মূর্ত্তি উবদা মহাক্না হায়রমই, "ঐনা রূপ অসিদদি ঐগী ইকোক নোল্লোই।" খুদক্তা ভগবান কৃষ্ণগী রূপ অহুগা ভগবান রামগী রূপ ওন্থোকখিরমই। অদুত্তদা মহাক্না মকোক নোল্লমই। তুকারামস্মু তুলসিদাসগুম্না হকথেংনবা জ্ঞান ফংলমই। মহাক্না মহাক্কী অভঙ্গদা অস্মুম্না শক্লমই, "ঐনা মফম খুদিং শীনথুংনা লৈবা ঐগী ভগবানবু, অথুম্বনা চুগী মফম খুদিংমক্তা লৈবগুম উই" অমস্মুং অহুম ওইনমক মহাক্না পন্ধরপুরদা লৈবা মখুংশিংনা নিংত্থ য়োনা থাথবা মহাক্কী মবুংঙো বিঠলগী মরমদা মতম চুপ্পদা শীংথারমই। মীরাস্মু

মকম খুদিংমক্তা শীনবা থ্বংনা লৈবা কৃষ্ণগা মহাক্তা অমত্তনি হায়বা খঙলমই অমস্তুং অহুম ওইনমক "ঐগী গিরিধর নাগর" হায়না হন্না হন্না পনবদা মহাকনা চোকথবা লৈরমদে।

মথক্কী অচুম্বশিং অসিদগী ঐখোয়না তশেংনা খঙবা ঙমই মতুদি, কনাগুম্বা অমনা মূর্ত্তি পূজা তৌহনা ঈশ্বর সাক্ষাৎকার ওইবা ঙমই, ভগবানবু শকনাইবা মওংদা পূজা তৌবসি বেদান্তগী হকথেংনবা জ্ঞান ফংনবগী অমস্তুং ভগবানবু মহাক্কী মকম খুদিংমক শীন থ্বংবা, মওং লৈতবা মতৌ অহু খঙনবগী খ্বাইদগী চাউরবা মতেং অমনি অমস্তুং মূর্ত্তি পূজা তৌবা হায়বসি পূকনিং পুনশিনবা (ধারানা) অমস্তুং ধ্যানগী-দমক্তা অহানবদদি য়াম্না দরকার লৈ অমস্তুং অসিগুম্বা পূজা অসি ঈশ্বরগী জ্ঞান ফংবদা করিগুম্বা অমত্তা অকায়বা পীদে অমস্তুং মূর্ত্তি পূজাবু কন্থী থোকনা শীংবা মীশিংতু য়াম্না মম্বদা জ্ঞান তাদনা মাবগুম্বনি অমস্তু· মখোয়গী ঈরাংপা অমস্তুং পূজাগী অশেংবা জ্ঞান লৈতে অমস্তুং মখোয়না, অশিংবা মীশকশিংনি হায়না উংপা ঙম্নবগীদমক কান্নদবা অমস্তুং অরেম্বদা মূর্ত্তি পূজাগী মায়োক্তা মরৈ য়েংলৈ অমস্তুং নৈনৈ, অহুগা মখোয়না অশেংবা সাধনাদি করিতা তৌদে। মখোয় অসি রারেম অমস্তুং রাজাউ ঙাঙম্বনা মখোয়গী হৈ-নবী অমস্তুং শিনফম ওইবা মীশকশিংনি। মখোয়না মখোয় মশামকপু মাঙহন্জরবনি। মখোয়না মশীঙ থীঙমন্ত্রবা মী কয়াগী পূকনিং লেপ্পা ঙমহন্দ্রে অহুগা মখোয় মশাম্তু মাঙ-

জরে। জগৎ অপুন্না মওং খুবদা নত্রগা অত্তোপ্পদা ওইবা খুদমশিং অমস্তুং মুর্ত্তিশিংবু পূজা তৌই। পূকনিং অসি অহানবদদি শকনাইবা পোং নত্রগা অমদা থমহুনা তম্মীগনি। মসিনা ঈংবা অমস্তুং থৌবা ওইরক্লবদা, মমৈদদি "অহমব্রহ্ম অস্মি" গুম্বা অরুবা রাখলশিংদা পৃব্রিং চঙবা ঙম্মকই। কনাগুম্বা অমনা ধ্যান্দা খুংলোঁযরক্লবা মতমদা মওং নাইবা অহু মওং নাইদবা ব্রহ্মগা অমত্তা ওইখি। মূর্ত্তি পূজা হায়বসি বেদান্তগী মীংয়েংদা ওম্ব তৈনবা নংতে। মসি থোই-নহুম তেংবাংবা অমনি।

---

## কর্মপদ্ধতিগী ওইবা ভক্তিদগী পাডা ভক্তিদা

ভক্তি মখল অনি শুই, মহুদি—অরাংবা ভক্তি নত্রগা পাড়া ভক্তি অমস্তুং অনেম্বা ভক্তি নংত্রগা কর্মপদ্ধতিগী ওইবা ভক্তি [retualistic Bhakti], কর্মপদ্ধতিগী ওইবা পূজাদি বৈধিনি। বৈধি ভক্তিদি মপাম্বোংগী পোংশিংদা মথা পোনবা হম্বা মখলগী ভক্তিনি। মসি অনেম্বা ভক্তিনি। পূক্লিংসি

থাক থাক নাইনা শেংলকই। সাধক অমনা কর্মপদ্ধতিগী ওইবা পূজা তৌদুনা ঈশ্বরগী প্রেম য়োকখৎলি। কর্মপদ্ধতি-গী পূজা তৌরিবা ভক্ত অমনা কাংশি খিংই„ প্রতীক নৎত্রগ, প্রতিমা অমা ঈরাৎলি, পূজা তৌই, আরতী কৎলি, লৈশিং কৎলি, চন্দোন তকই অমসুং মূর্ত্তিগী মমাঙদা ধূপ থাই অমসুং মৈ থাল্লি, ঈশ্বরগীদমক্তা নৈবেদ্য নৎত্রগা চানবা চীঞ্জাক কৎলি।

মূখ্য ভক্তি নৎত্রগা পাড়া ভক্তি অসিনা অহেনবা মখলগী ভক্তিনি। মসি হেন্না রাংবা ভক্তিনি। মসিনা চৎনবা পুম্ন-মক্কী মথক থোংই। অসিগুম্বা ভক্ত অমনা চৎনবী নিয়ম অমত্তা খণ্ডদে। মহাক্না মপাম্বোংগী পূজা অমত্তা তৌদে। মহাক্না মফম খুদিংমকতা, পোৎ খুদিংমকতা মহাক্কী ভগবান উই। মহাক্কী থম্মোই অদু ঈশ্বরগী প্রেমতনা থুম্মাৎলি। মহাক্কী মফমদা জগত পুম্নমক অসি বৃন্দাবন্নি। মহাক্কী ফি-ভম অসি রাহৈনা ফোংদোকপা ঙমদে। মহাক খ্বাইদগী রাংবা নুংঙাইবগী থাক অদু য়ৌরমই। মহাক্না, মহাক্না চৎপা মফম খুদিংমকতা প্রেম, অশেংবা, হরাউবা শন্দোক্লমই, অদুগা মহাক্না থেংনবা মীপুম খুদিংমক্কী থম্মোই ওলহল্লমই।

অহৌবগী ওইনা মূর্ত্তি পূজা তৌরিবা ভক্ত অদুনা ভগ-বানবু মফম খুদিংমক্তা উরকই অমসুং পাড়া ভক্তি য়োক-খৎলকই। মহাক্না বৈধি ভক্তিদগী রাগত্মিকা ভক্তি নৎত্রগা

প্রেম ভক্তি অহু য়ৌরমই। মহাক্না জগত অপুম্বসি ভগবানগুম্না উরমই। অফ-ফত্ত, অচুম অয়ান, ফত্তবা অসিনচিংবগী রাখল মাঙখিরমই। মহাক্না মীফত্ত, দাকু, লিন, বৃশ্চিক, ককচেং, হুই, উ, উতুপ, নুঙত্থম, নুমিৎ, থা, থরানমিচাকশিং, মৈ, ঈশিং, পৃথিবী অসিনচিংবদা ভগবান উরমই। মহাক্না, উত্থনা অমদি হকথেংননা খঙবগী থৰকসিনা রারি লিহনা তাকশনু অরেম্বা তাহল্লি। অসিগুম্বা মালেমসিদা লৈবা অশেংবা ঈশ্বরগী মশক ওইরবা অতোপ্পাশিংবু সংসারগী কোমমুংদগী থাঙ্গৎপীনবা হোৎনরিবা অমস্তুং মখোয়বু অশিরগী থয়াত্তগী কনবীনবা হোৎনরিবা অথোইবা ভক্তিশং অহবু তরাম তরাম্না থাগৎচরি।

হিন্দু ধর্ম্মদা সাধকশিংবু পোৎচাক্কী ওইবা মূর্ত্তিশিংদগী পূক্নিংগী মূর্ত্তিশিংদা অমস্তুং ফাদোকপা পূকনিংগী মূর্ত্তিশিংদগী শকনাইবা ঈশ্বর অমদা অমস্তুং শকনাইরা ঈশ্বরদগী শকনাইদবা নংত্রগা মীয়েনলেনগী রাংমদা লৈবা নির্গুন ব্রহ্মদা মথং মথং ওইনা লমজিংই।

# হিন্দু ধর্ম্মগী ফজবা

হিন্দুগী দর্শন অমস্তুং পূজা তৌবগী মওং অসি কয়াদা রাংথ্রবনো। মসিনা মূর্ত্তি পূজা তৌরগা লেপ্তে নংত্রগা লোইদে। মূর্ত্তি পূজানা মরম ওইদুনা সাধক অমবু ভক্তি অমস্তুং সমাধী নংত্রগা তিন্নবগী অরাংবা থাকশিংদা মথং ২ থাঙ্গংলি। মহাক্না মূর্ত্তি পূজাবু তৌজরবস্তু, মহাকী পুকনিং-গী মীংকী মাঙদা মফম খুদিংমক্তা লৈবা ভগবানবু থমই। মহাকী থম্মোইদা অমস্তুং পোং পুম্নমক্তা ভগবান লৈ হায়না খল্লি। অপীকপা মূর্ত্তি অমা পূজা তৌবদা মহাকনা পুরুষ শুক্ত থি অমস্তুং মশাঙ থিঙমদ্রবা মকোকশিং পানবা, মমীংশিং পানবা, মশাঙ থিঙমদ্রবা মখুংশিং পানবা, জগত রাংমা লান্না ফাওবা শন্দোক্তুনা লৈবা বীরাট পুরুষ অমস্তুং জীব পুম্নমকী থম্মোইদা লৈবা ভগবান নংত্রগা আত্মাবু মহাকনা খল্লি। মূর্ত্তিগী মাঙদা ধূপ, মনম নুংশিবা চন্দন অমস্তুং কর্পূর থারিবা মীশক অদুমকনা হায়, "মফম অদুদা নুমিৎ নত্রগা থা নত্রগা থরান্মিচাকশিং নত্রগা নোংথাং অমত্তা ঙান্দে।" অদু ওইরবদি অপীকপা মৈনা মফম অদুদা কমদোনা ঙানগদোরিবনো? পুম্নমক অসি মাগী মপান তাং-ঙনা ঙাল্লিবনি। মহাকী লংলবা মঙালতনা জগত পুম্নমকসি

ঙালহল্লিবনি। পূজাগী হিরমশিং অমস্তুং নিযমশিং—পূজা বিধি অমস্তুং হিন্দুগী শাস্ত্রশিংদা শীঙথারিবা পূজা ত্তৌবগী অথুপ্পশিং অসি বৈজ্ঞানিক ওইনা চুমই অলস্তুং যাম্না মরম চায। শাস্ত্রশিং পাদ্রিবা, ভক্তশিং অমস্তুং মহাত্মাশিং ত্তিন্ন-দ্রিবা, মূর্ত্তি পূজা ত্তৌববু চৈরিবা মীশিং অহৃদি অপঙবা ঙাক্তনি।

অত্তোপ্পা ধর্ম্ম খুকিংমকনা অরেপ্পা ধর্ম্মমত কযামুক শেমই অমস্তুং মখোযহু মীশিংদা নমহুনা ইলহল্লবা হোংনৈ। অদুবু মসিগীদি লাযনা করামুকপু যেংনবা হিদাক মখল অমত্তমক নৈ। মসিনা পুন্নমক্কী অমস্তুং ভিভম কয়ামুক্কী চাঙ্গাক মখল অমত্তমক থমই। মসিনা সাধকশিংগী মাঙদা কোট অমত্তমক থমই। মসি আলবট, অতকিনসন, অল্লুরালিযা, অস্কোর্নি, অব্দুল রহমন্নচিংবগী হকচাংশিংদা চপ চাগনি। হিন্দুশিংনা মূর্ত্তিশিং, ক্রোস থাবা মার্কাশিং অমস্তুং থা মচেৎ মানবা খুদমশিং অসি আহৌবগী ওইনা পূকনিঙ হাপচিমবা মত্তেং পাংবা অচম্বা খুদমশিংনি অমদি মখোয়গী আধ্যাত্মিক্কী রাখলশিং অমস্তুং থাজবশিং যানহুনা থম্নবা শকনাইবা পংত্তুমশিংনি হাযবসি খঙই। খুদম অসি মীপুম খুদিংমককী কন্নবার ওইদে। হিন্দু ধর্ম্মদা মসি চঙদবা যাত্রবা অমা নংতে। রাং-লবা যোগী নত্রগা ঋষি অমদা মসি দরকার ওইদে। মূর্ত্তি হাযবসি অহানবা থাককী অঙাং অমনা দরকার ওইরিবা

শ্লেটকা মান্নে। মসি দরকার ওইদ্রবা মীশিং অদ্না, মসি লাল্লি হায়নবগী অধিকার লৈতে। মখোয়না মসি লাল্লি হায়রবদি, মখোয়গী অপঙবা ফোংদোকচবতনি।

— — —

# অশুপ্পা বারোল

হৌগৎলকপদা মুর্ত্তি অমা পূজা তৌবসি লানবা করিমত্তা লৈত্তে। নখোয়না ঈশ্বর অমস্তুং মহাক্কী গুনশিংগী ভাব অসি মূর্ত্তিদা হাপচিনগদবনি। নখোয়না মূর্ত্তিদা লোৎলিবা অন্তর আত্মা অদু তমক খনগদবনি। সাধক অমনা মহাক্পা পূজা তৌরিবা ভগবান অদু মূর্ত্তিদা, জীব পুম্নমক্কী থম্মোইদা অমস্তুং জগতকী মিংশিং অমস্তুং মওংশিংদা লৈ হায়না চাং নাইনা খনবা তৌই। মহাক্পা মফম খুদিংমক্তা ভগবান লৈ হায়বদু খনবা হৌই।

মূর্ত্তি পূজা হায়বসি ধর্ম্মগী হৌগৎলকপত্তদা চঙবনি। থাঙ্গৈশেংনমক মসিনা পন্থুং নত্তে। হৌগৎলক্লিবশিংনা মূর্ত্তি

পূজা তৌগদবনি হায়বা হিন্দুগী শাস্ত্রশিং অতুমক্কা মপান নাইদবা নত্রগা মপুং ফাবদা থ্যান তৌবা, "তৎ ত্বম অসি" মহাবাক্যগী মনুংগী অর্থদা ধ্যান তৌবসি অরাংবা সাধক-শিংগীদমক্কি হায়রমই।

পূজা তৌবগী তোঙান তোঙানবা থাকশিং লৈ। অহান-বদদি মুর্ত্তিশিং পূজা তৌবনি। মথংদি মন্ত্রশিং থিবনি অমস্মুং লাইশোনশিং শোম্বনি। মানসিক পূজানা হৈ-লৈ কৎতুনা তৌবা পূজাদগীদি হেল্লি। মপূং ফাবা নত্রগা নিগুর্ন ব্রহ্মদা ধ্যান তৌবসি পূম্নমক্কী ওইনা খ্বাইদগী ফবনি।

খ্বাইদগী ফবা থাক্তি আত্মা জ্ঞান ফংবনি নত্রগা ব্রহ্ম সাক্ষাৎকাবনি। অনিশুবা মথল অথু ধ্যাম্নি। যোগীনা সাধনা অভ্যাস তৌই নত্রগা পরমাত্মাদা লেপ্পনা ধ্যান তৌই। অহুম-শুবদা প্রতিমাশিং পূজা তৌবনি। মরিশুবদা ধর্ম্ম কর্মশিং পালন তৌবা অমস্মুং অশেংবা তীর্থ চৎপনি। শাস্ত্রশিং অমস্মুং গুরুশিং অসি থৌজাল হৈবী মমাশিংগা পাম্নক্কি। মখোয়না সাধকশিংগী মথুং পায়দুনা মখোযবু নির্বিকল্প সমাধি নৎত্রগা খরাইদগী রাংবা জ্ঞান ফংদ্রিবমখৈ মথং মথং থাক ২ পুথৎলি। মখোয়না অপৌবা পূক্নিং লৈবা তমখৎলক্লিবা সাধক-শিংগীদমক্কা অপৌবা মওংগী সাধনা নৎত্রগা আধ্যাত্মিকী ওইবা অভ্যাস তাকই অমস্মুং অশেংবা অকুপ্পা অমস্মুং অথৌবা বুদ্ধি লৈবা অরাংবা সাধকশিংগীদমক্কদি অকুবা ধ্যানগী পারা-শিং তম্বী।

খুদিংমক্না চাউখৎপগী তাংকক অমা লেপই। মীওইবগী মপাল নাইদবা নল্লগা মপুং ফাববু মহাক্কী চাউখৎপগী পাঙ্গল চাংগী মতুং ইন্না ফংনবা অমস্তুং খঙনবা মখল কয়ামুক হোংনৈ। মহাক্না রাংনা রাংনা কাখৎলি, পাঙ্গল হেন্না হেন্না কনখৎহল্লি, তমস্তুং মমৈদা মশামক মপুং ফাবদা পুনশিল্লি অমস্তুং অমত্তা ওইবা নল্লগা মান্নবগী থাক অদু য়োরমই।

সাধকশিংবু জ্ঞানেস্বদগী অরাংবা মওংগী পূজাদা তাঙ্কক নাইনা মথং মথং থাঙ্গৎপীরিবা অমস্তুং মমৈথংদা মখোয়বু গুন লৈতবা, মফম খুদিংমক্তা লৈবা, মওং লৈতবা, মতম লৈতবা, অহাংবা লৈতবা ব্রহ্মদা নল্লগা ওমখৈ লৈতবা উপনিষদকী ব্রহ্মদা পোথাকনবদা তেংবাংবীরিবা হিন্দুগী ঋষিশিংবু অমস্তুং শাস্ত্রশিংবু তরাম তন্নাম্না থাগৎচরি।

ভগবানগী মুংশিরবা মচাশিং নখোয়গী অপঙবা থাজদবদু খুদক অসিংক্তা থাদোক্লে। খ্বাইদগী হেন্না, হোংবা নাইদনা মতম চুপ্পদা থাজবা অদু নখোয়গী থম্মোইদা মিকুপ অসিমকক্তা হাঞ্জিন্দুনা থম্লে। নখোয়গী পুক্লিংদা শ্রীমীরা, শ্রীরামকৃষ্ণ পরমহংস অমস্তুং খা ভারতকী অলররশিং অমস্তুং নয়ানরশিংগা মমিং চংলবা খুদমশিং অদু নিংশিংউ। মখোয়গীদি শ্রদ্ধা লৈরমই। মখোয়না আধ্যাত্মিকী খ্বাইদগী রাংবা পন্থুং অদু য়োরমই। মূর্ত্তি পূজা তৌবদা নখোয়গী থাজবা লৈরবদি, নখোয়স্তু অথোইবা শান্তি, নুংঙাইবা অমস্তুং চাউ-

খংপা মফম অসিদা ফংবা ঙমগনি অমস্তুং মহাকপু (ঈশ্বরবু) মফম অসিদা অমস্তুং হৌজিকমক ফংবা ঙমগনি।

নখোয়না চাং নাইনা মপাম্মোংগী পূজা তৌরবস্তু, মুংগী ওইবা ভগবানগী পূজা অতুনা নখোয়গী থম্মোয়শিংদা লেঙদবা অমস্তুং কায়দবা ওইরসন্নু। মসিদা পূজাগী মপুং ফাবা থাক অহ্ য়োরে। পুন্সি হায়বসি ঈশ্বরগী ওইবা পূজা অমনি। নখোয়না বিরাটপু জগত অপুম্বনা পূজা তৌরিবসিগী মনুংগী অর্থ মুমিং খুদিংগী পুন্সিদা খঙবা ওইরসন্নু অমস্তু মসি পাঙথোক্কুনা পুন্সিগী খ্বাইদগী হেন্না ফবতু ফংবা ওইরসন্নু। ঈশ্বরনা নখোয় পুম্নমকপু পেনবীরসন্নু।

---

# লাইশং

কলি যুগকী নোংমখী পুন্সিদা থৌ চিন্নরবা ভৌতিক জগত অসিদা, ভগবানগী লাইশংনা, পুক্নিং চঙবা অমস্তুং ভক্তিনা মরম ওইদুনা মীওইবগী চাউখৎনবগী অচৌবা খুদোং-চাবশিং পী। লাইশংগী অকোয়বা মফমশিং অদু অস্নুকী

মতীক শেংই অমসুং মখোয়না অতোপ্পা মফমশিংনা পীবা ভ্রোইদবা শক্তি অহু পী। মফম অহুগী ব্রতারবন পুম্নমক্কা ঈশ্বরগী ওইবা ঈৎক ইপোম লৈ। নোংমগী মতম অহুমখক লেপ্তুনা অমসুং চাং নাইনা পূজা তৌবা, অশেংবা বেদশিং থিবা অমসুং চতি চুপ্পা থোইদোক হেন্দোকপা মন্ত্রশিং শোন-বনা, লাইশংগী চাউ লেম্বা নো ম নোংমগী হেঙ্গংলি অমসুং ব্রতাবরন অপুম্বা অদুনা মীওইববু য়াম্না ঝাংবা থাক্কা পুখংলি।

পরমেশ্বর ভগবানগী মূর্ত্তি থমলিবা লাইশং অহু, মীশিংগী পুক্লিংশিংব হেন্না শেংবা থাক্কা পুখংপা আধ্যাত্মিক্কী অকম্বা ইথিল পীবা শেংলবা মফম্নি। লাইশংদা নুমিৎ খুদিংগী লাইশোল, প্রার্থনা অমসুং অভিষেক অমসুং অরচনগা লোয়-নদা পাংথোকপা পূজাশিংনা ব্রতারবন অপুম্বা অশেংবা অমসুং চাউ লেম্বনা থলহল্লমই। তৌইগুম্বসুং ঈশ্বরগী পূজাগীদমক্তা চেকশিন্না ভাক শেন্দূনা থমলবা মফমশিংদা মহৌশাগী চংনবা নিয়মশিংহু ইন্দুনা লাইশংগী অশেংবা অদু চ্যেকশিন্না ভাক্তুনা থমগদবনি। মপান অমসুং মনুং শেংবা (শৌচ) অনিমক লাইশংদা লৈবা দেবতা পূজা তৌবদা দরকার লৈ।

ভগবানগী অরচবতারদা কথোক্লিবা লাইশং অসি বিরাট পুরুষকী হকচাংগী ফোংদোকপা শক্তম্নি অমসুং লাইশংগী

ধর্ম্ম-কর্মগী ওইবা পুজাগী পালনশিং অসি আধ্যাত্মিক সাধনাগী অপুনবা থবক্কী পরিং ফোংদোকপা মপাল্লোংগী কর্মশিংনি। লাইশং হাযবসি, ঐখোযনা অশেংবা লাইশংদা পুজা তৌবিবা অন্তর্য্যামী, ঈশ্বরনা লৈফম ওইরিবা জগতকী মচুৎশিনবা অপীকপা মূর্ত্তি অমনি। ভগবান্দা, শ্রুতিশিং, স্মৃতিশিং অমস্থুং তন্ত্রশিংগী শক্তি লৈরবা মন্ত্রশিংগী পাম্বৈং প্রার্থনা তৌনৈ। অমস্থুং লাইশংদা লৈবা মূর্ত্তি অহুনা দিব্য শক্তিগী অহিংবা শক্তম অমা ওইরকতুনা ভক্তি লৈরবা অরচক্কী চৌঙলেমবা অকনবা অপামবশিংদু থুংহনবীনবা শেম শারমই।

সবশক্তিমানগী প্রেম যোকখংনবগী খ্বাইদগী হেন্না লাযবা অমস্থুং খুদোংথীবা লৈতবদি অরচননি, মরমদি মসিনা তাইবংব্রাংমগী ওইবা ঈশ্বরগা অমস্থু ভক্তশিংনা লৈরিবা মালেমসিগা অনিগী তাইশিন্নবনি। অরচন ভক্তিগী থোইদোক হেনদোকপা মওং অমদি মসিনা মীওইবদা, ইন্দ্রিশিংদা ফোংদোকপা ঈশ্বরগী শক্তমশিংগী হকথেংনবা মওংশিং ওইরবা হকচাংগী রুপশিংগী মতেংনা ঈশ্বরদা ভক্তিগী পোৎলমশিং কৎতুনা, ধর্ম্মগী ওইবা জ্ঞানগী হেন্না ফবা মওংশিং লৈহন্নবা হোৎনৈ। মরমসিদগী অরচন হাযবসি আধ্যাত্মিক সাধনা অমস্থুং সাক্ষাৎকারগী অচৌবা দলান শাগৎকদৌরিবা য়ুম্ফম্নি। মসি মীওইবনা ঈশ্বর ফংনবা লম্বীগী রত্ন মাপলগী মনুংদা অমনি।

ঈশ্বরবু কন্না থাজবা অমস্নুং অপান্বগী লোম্বননা পূজা তৌ। ভগবান্না নখোয পুন্নমক্তা শোয়দনমক মহাক্কী থৌজাল পীরক্কনি। লাইশংবু শাহন্লিবা থাঙ্গশেংনা মসিবু শাবগী থবক তৌথিবা, মসিদা তেংবাংলিবা, মসিগী মরমদা মুংঙাইবা পোক্লিবা, মসিদা পূজা পাঙথোক্লিবা, মসিগী মমাঙদা শদ্রাং তিংথোক্লুনা থুক্কুম্লিবা অমস্নুং ভগবানবু মতম চুপ্পদা পুকচেল শেংনা অমস্নুং নুংশিবগা লোয়ননা মশাগী থম্মোইনুংদা পূজা তৌরিবা মহাক অঙবু মী পুন্নমক্তা পেল্লি। ভগবান্দি মক্কম খুদিংমক্তা লৈ অমস্নুং মহাক্না জীব পুন্নমক্কী মফমদা থাইদগী হেন্না নুংশিবহু লৈবা মরম্না অকক্লবা মক্কমশিংদা মহাক মশা-মকপু পূজা তৌবা য়াহল্লি।

---

# প্রসাদকী মতীক মঙ্গল

প্রসাদতি শক্তি পীনবা পোংনি। কীর্ত্তন, ঈরাংপা, পূজা, হবন অমস্নুং আরতী তৌরিঙৈ মনুংদা ঈশ্বরদা বাদাম কিশমিস, শঙ্গোম, অথুম অহাউ উহৈশিং কংলি। মখোয়-

শিংসি ভগবানদা কংলবা মতুংদা, হুম অহুগী মীশিংদা নত্রগা লাইশং অমগী ভক্তশিংদা য়েন্থোকই। হৈখাগোক মনা, লৈ, তুলসী মনা, বিভূতি কৎতুনা পূজা তৌই অমম্তুং মখোয়শিং অসি ভগবানগী প্রসাদনি হায়না য়েম্থোকই। বিভূতি অসি ভগবান শিবগী প্রসাদনি। মসি লাইবক্তা নমগদবনি। খজিকতং চাবা য়াই। কুমকুমা শ্রীদেবী নত্রগা শকতিগী প্র-সাদনি। মসি পিশুম অনিগী মরক্তী অহাংবা শরুক [অজ্ঞা নত্রগা ভ্রূমধ্য) দা তৈগদবনি। তুলসীনা ভগবান বিষ্ণু, রাম নত্রগা কৃষ্ণগী প্রসাদনি। মসিদি চাশিনগদবনি। পূজা অমম্তুং হৱন তৌরিঙৈ মন্তুংদা মন্ত্রশিং থিবহুনা মখোয়দা অঙকপা শক্তিশিংনা থলহল্লমই।

ভংবান্দা ভোগ কংলিবা ভক্তগী পুক্নিংগী ভাবকী য়াম্না চাউরবা ফল অমা লৈ। ভগবানগী থৱায় য়াওরবা ভক্ত অমনা ভগবান্দা করিগুম্বা অমা কংলবদি, মহুগী প্রসাদতু চাবদা নাস্তিকশিংগী পুক্নিংশিং ফাওবা য়াম্না কন্না ওন্হনগনি। ভগবানগী থৌজালদি প্রসাদ ফাওহুনা কুমথরকই। নারদগী পুন্সি নৈনৌ। নখোয়না ভগবানগী অমম্তুং রাংলবা সাধকশিং অমম্তুং ঋষিশিংগী প্রসাদকী অশেংবা মতৌক ফগুন্দু খঙবা ঙমগনি।

নামদেবনা পাণ্ডুরঙ্গ বিঠলদা চাকনচিংবা কংলমই অমম্তুং পাণ্ডুরঙ্গ বিঠলনা চীঙাক অহু নামদেবগী শরুক ফজনা তমলমই। চীঙাক খরা, য়ামনা থৱায় য়াওনা কংলবদি,

মরক মরক্তা ভগবান্না শকতম অমগী মওং লৌথুনা চীজাক-শিংদু চারমই অতোপ্পা থৌদোকশিংদস্কু কংখিবা চীজাক্তী অকুপ্পা মচি অদু ভগবান্না ফংখিরমই অমস্তুং চীজাক অদুনা ছাম্নগীগুম্মনা প্রসাদকী মওংদা লৈহৌই। মহাত্মাশিং অমস্তুং লায়রবা মীশিংদা পীজবা মতমদা, লেমহৌবা অদু প্রসাদনি হায়না ফংলৈ। যজ্ঞ অমা পাঙথোকপা মতমদা শরুক য়ান্নিবা মীশিং অদুনা লাইশিংগী অশির্ব্বাদ ফংলবা প্রসাদ অদু য়েন্থোক্লে। দশরথনা পুত্রকামেস্টী (মচা নিপা পান্নগী) যজ্ঞ তৌবদা অথুম্বা চাক্লা থম্না য়াওবা চরু অমা ফংলমই, মহাক্লা মসি মহাক্তী মহারানীশিংদা য়েন্থোক্লমই, মসি চাক্লবদা মখোয় গভ পুখিরমই। প্রসাদ হায়বসি ভক্ত অমগী মফমদদি খ্বাইদগী হেন্না শেংলবা পোৎনি। কনাগুম্বা অমনা প্রসাদ ফংবদা করিগুম্বা মথলগী অথিংবা অমা লৈতে। কনাগুম্বা অমবু মফম, মতম অমস্তুং মরম্নচিংবসিনা করিমত্তা শোক্তে। প্রসাদ হায়বসিদি পূম্নমকপু শেংদোকপা পোৎনি।

প্রসাদ অমস্তুং চরনামৃতগী কান্নবদি ফোংদোকপগী রাংমদা লৈ। মখোয়দা মী অমগী পুক্নিগী আশা মপুংফানা হোংহন্নবা শক্তি লৈ। প্রসাদ অমস্তুং চরনামৃতদা অনাবশিং ফহন্নবা অমস্তুং অশিবা মীশিংবু হিঙ্গহনবা ঙম্বা শক্তি লৈ। প্রসাদকী শক্তি লৈবা অমস্তুং মতীক চাবা অহুগী সাক্ষী ওইনা ঐখোযগী শেংলবা লৈবাক অসিদা মমাঙদৈদগী থৌদোক কয়ামুক লেপ্তুনা থোক্লক্লি। প্রসাদনা অনাবশিং

ফহল্লি অমস্তুং পাপ কোকহল্লি। মসি অরাবা, অনাবা অমস্তুং খোইরাংবা ফহন্নবা হিদাক্নি। 'থাজবা' হায়বসি মসিগী রা-ফমসিগী অচুম্বতু চাংয়েংনবগী মরু ওইবা পোং অমনি। থাজদবা মীশিংগী মরুমদদি মসিনা কান্নবা খজিক্তমক পী।

হৌজিক্কী শিক্ষা অমস্তুং সভ্যতাদা চাউরক্লবা মীশিংনা প্রসাদকী তৌবা ঙম্বা শক্তিগী মরমদা থওইদে। ইংলিস শিক্ষা ফংলবা মী অয়াম্বনা, মখোয়না মহাত্মা অমদগী প্রসাদ ফংবদা, মসিবু খোইনা মরু ওইনা লৌরমদে। মসি য়াম্না শাথিনা লাল্লবনি। প্রসাদ হায়বসি শেংদোক্লবা অচৌবা পোং অমনি। মখোয়বু নোংচুপ্লোমগী হিংনরিবগী পরিংদা য়োক-থংলকপা মরম্না, মখোয়দা নোংচুপ্লোমগী মীশিংগী লিংজেল চেল্লি অমস্তুং মমাঙৈঙগী ভারতকী ঋষিশিংগী অচুম্বা লিংজেল অদু কাউথোকই। চযোল অমথক্তুং বৃন্দাবন্দা নত্রগা অযো-ধ্যাদা নত্রগা বেনারসতা নংত্রগা পন্ডরপুরদা লৈয়ু। নখোয়না প্রসাদকী তৌবা ঙম্বা শক্তি অমস্তুং অঙকপা ফলশিং খঙগনি। ফবা ঙমদ্রবা লায়না কয়া ফহল্লি। ধর্ম্মোইশেংনা ভক্তি লৈবা সাধক কয়া ইচম চম্বা প্রসাদখক্তদগী অঙকপা অধ্যাত্মিক্কী হকথেংনবা জ্ঞান ফংখিরমই। প্রসাদতি শিদ হিদাক্নি। প্রসাদ হায়বসি অধ্যাত্মিক্কী ওইবা পুন্সি শাংহন্নবা পোং অমনি। প্রসাদ হায়বসি ভগবানগী থৌজালনি। প্রসাদ হায়বসি পুন্নমকপু ফহনবনি অমস্তুং "ঐন্নু লৌখংপীয়ু" হায়বা অফবা ফিদম্সি হায়বনি। প্রসাদ হায়বসি শক্তিগী-

মূর্ত্তি অমনি। প্রসাদ হায়বসি ঈশ্বরগী ফোংদোকপা শক্তিনি। প্রসাদনা শক্তি হাপই, থরায় হাপই, পাঙ্গল কলহল্লি অমসুং ভক্তি লৈহল্লি। মসি থাজবগা লোয়ননা ফংগদবনি।

প্রসাদনা পুম্নমক্কী মফমদা অফবা হকচাং, পূর্ন্সি শাংবা শক্তি অমসুং চাওখৎপা পী। শান্তি অমসুং নুংঙাইবা পীবা প্রসাদপু তরাম তরামনা থাগৎচরি।

---

# হিন্দুগী প্রতিমাশিংগী দর্শন

লাইশংশিংদা পুজা তৌবা মতমদা মপানগী খোঞ্জেলশিং থিংনবা অমসুং পুক্নিং ফাজিনবা অমসুং পুনশিনবা ঙমনবগীদমক্তা কাংশিশিং থিংই।

ইস্ট দেবতাগী মমাঙদা মৈঙাল হাইনৈ। মসিনা খঙহল্লি বদি "ভগবানদি জ্যোতি শ্বরূপনি" হায়বনি। মহাক মঙাল পুমনমক্নি। ভক্তনা হায়, "হে ভগবান! নহাক জগৎকী নশা নতোমত ঙানজবা মঙালনি। ঐঙোন্দা লৈরিবা অপাম্বসি নহাক্কী ঈশ্বরগী ওইবা মঙাল পীবীদুনা লোথোকপীয়ু। ঐগী বুদ্ধিসি ঙালহনবীয়ু।" মৈঙালশিং হাইবগী মনুংগী অর্থ মসিনি।

ধূপ মন্ত্রগা মনম নুংশিবা চে ইস্ট দেবতাগী মমাঙদা থানৈ। মৈখুনা কা অহ্ শীনবা থুংনা শন্দোকখি। মসি লাইনা শন্দোকপা খিনেবা হিদাক অমগী মথৌস্থ তৌই। ধূপ থাবনা খঙনরিবদি — ভগবানদি মফম খুদিং শীনথুনো লৈ, জগত অপুম্বা মহাক্কী অহিংবা শক্তমনা থন্না লৈ। অচুমবা অসি নিং-শিংহন্নবগীদমক্তা ধূপ থারিবনি। ভক্তনা হায়, "হে ভগবান! ঐঙোন্দা তুমদুনা লৈরিবা বাসনাশিং অমস্থুং সংস্কারশিংসি ধূপ অসিগী মৈখুগুমনা মাঙহনবীয়ো! ঐবু অমকপা লৈতবা অমা ওইহনবীয়ো।"

কর্পূর থাবনা খঙহল্লিবদিঃ- জীবগী অহংকার অসি কর্পূরগুমনা শোদোকই অমস্থুং জীবাত্মানা মঙাল পুমনমক্কী অথোইবা মঙালগা অমত্তা ওইরকই হায়বসিনি।

চন্দন তকপনা ভকত অমদা নিংশিংহল্লিবদি—খুদোংথীবা কয়া মহাক্কা থেংনবদা চন্দনগী মতৌগুমনা, মহাকনা থাংবা কনগদবনি হায়বসিনি। চন্দন হায়বসি তকপা মতমদা নুংশিরবা মনম থোকই। অসুমনা খুদোংথিবা কয়া থোরকপদা ভকতনা মুক্তম মুক্তম শোল্লোইদবনি, তৌইগুমবস্থুং মদুগী ওন্ন তৈনবদা হরাউনা ১স্থুং নুংঙাইনা লৈগদবনি অমস্থুং চন্দনগী মতৌগুমনা নুংশিবা অমস্থুং থৌজাল হৈবা থোকহনগদবনি। মহাক্কা য়েকনবা ফাওবা তুক্ত-চরোইদবনি। মসি, ঐখোয়না মসিদগী খঙবা খুদমনি। চনদন

হায়রিবা উ অসি তকখাইবা অমসুং নোইবা তৌরবসু, মসিনা তুমন্নিফাওবা সুংশিবা মনম থোকহন্দুনা তুমিন্না খাৎহনা লৈ। কনাগুম্বা অমা মহাক্কী য়েক্কবগী মফমদা ফাওবদা ক্ষত্তবা রাখল খল্লোইদবনি।

---

# শিব লিঙ্গ

অয়াম্বনা থাজনবদি শিব লিঙ্গ হায়বসি নিপাগী ঈশিং থোংগী মূর্ত্তি (লিঙ্গ মূর্ত্তি) খী মহুৎ শিনবা নংত্রগা প্রকৃতিগী পোকহনবা উম্বা শক্তি নংত্রগা নিয়মগী খুদমনি হায়বসিনি। মসি শাথিনা লানবতা নত্তনা শাথিনা শোইবনি। বৈদিক যুগকী মমাঙদা লিঙ্গ হায়বসি ভগবান শিবগী থোকহনবা উম্বা মূর্ত্তিগী খুদম ওইরমই। লিঙ্গ হায়বসি অচুম অরাম লেপনবগী খুদমনি। মসি তশেংনমক নিপাগী ঈশিংথোংগী খুদম নংতে। লিঙ্গ পূরাণদা নখোয়না ফংগনি:-খরাইদগী থোইবা মরুওইবা অমসুং মনম, মচু, মহাও, তাবা, শোকপা অসিনচিংবা লৈতবা লিঙ্গদি প্রকৃতিনি হায়নৈ।

সংস্কৃত্তা লিঙ্গগী অর্থদি খুদম হায়বনি। মসি ব্রাব্রোইকম ১ থিনহুনা তাকপা খুদমনি। নখোয়না তুরেল অমদা হৌরকপা ঈশিং ঈচাউ উরগা খুদক্তা লেপ্পা ঙমই। মহুদি থংনবা মুমিত্তা নোং তাখি | নখোয়না মৈখু উরগা খুদক্তা লেপপা ঙমই মহুদি মফম অহুদা মৈ লৈ | মশিং থিঙমদ্রবা রূপশিংগী অচৌবা জগত অসি ভগবানগী শক্তি পুম্নমক চেল্লবা লিঙ্গনি | শিব লিঙ্গ হায়বাস ভগবান শিবগী খুদম অমনি | নখোয়না লিঙ্গদা য়েংবদা নখোয়গী পুক্নিং অহু খুদক্তা চাউখংলকই অমস্থুং নখোয়না ভগবানবু খনবা হৌই |

ভগবান শিবদি তশেংনমক মওং লৈতে | মহাক মশামক্কী মহুৎ লৈতদ্রবস্থু পুম্নমক অসি মহাক্কী মওং ঙাক্তনি | মওংশিং লৈত্রবা অসিদা ভগবান শিবনা শরা শন্না লৈ | মও' খুদিংমক ভগবান শিবগী লিঙ্গগী মওংনি |

লিঙ্গদা পুক্নিং পুন্সিনবা খুদোং চাহনবা অঙকপা নত্রগা ফোংদোকপা ঙমদবা শক্তি লৈ। লিক্লাইদা য়েংবদা পুক্নিংশি লায়না পুনশিনখিবগুম লিঙ্গদা য়েংবদা পুক্নিংগী অরেপ্পা, অমংতা ওইবা মতো অদু লৈ। মরম অসিদগী থায়নগী ভারতকী ঋষিশিংনা ভগবান শিবগী লাইশংশিংদা লিঙ্গ থম্নবগীদমক্তা হায়রমলিবনি।

শিব লিঙ্গনা নখোয়দা অরানবা য়াওদবা ব্রাহৈশিংনা তুমিন্না হায়, 'ঐ অনিশুদবা, অমতা ঙাইবদুনি, ঐ মওং লৈ-

তবনি।" অশেংবা ধর্ম্ম চেনবা মীশিংতনা রাহৈ অসি খণ্ডবা ওমই। খণ্ডনিংগনবা, অপাম্বনা খুদ্ম চল্লবা, থম্মোইশে.দবা মীরৈবাক মচা অমনা খোইদো শিকপা রাতা পীজিন্নরুনা হায়, "ও! হিন্দুশিংনা লিঙ্গ মূর্ত্তি নত্রগা ঈশিংথোং (sex organ) পূজা তৌই। মখোয় অসি অপণ্ডবা মীশিংনি। মখোয়গী রাখল খন্থনবা শক্তি লৈজদে।" মীরৈবাক মচা ১না তামিল নত্রগা হিন্দুস্থানি লোন খণ্ডনবা হোংনবদা, মহাক্না অহানবদা লূদবা রাহৈ খরা হায়নবা হোংনৈ। মসি মহাক্কী খণ্ডনিংগনবগী স্বভাবনি। অস্মুমনা, খণ্ডনিংবগী স্বভাব লৈরবা মীরৈবাক মচানা মূর্ত্তি পুজা তৌবগী অশোয়রা খরা পূ-থোক্লনা হোংনৈ। লিঙ্গ হায়বসি রূপ লৈতবা, উবা ঙমদরা মফম খুদিং শরা শন্না লৈবা হোংবা লৈতবা, মঙ্গলগী মশক ওইরবা, মতম চুপ্পদা শেংদ্না লৈরবা পাক চাউরবা জগত অসিগী মাঙনাইদবা মচি ওইরবা, নখোয়গী থম্মোয়গী কাচিন্দা ফমদ্না লৈরিবা, শিবা নাইত্রবা থৱায় ওইরিবা, নখোয়গী অন্তর আত্মা ওইরিবা অমস্তুং পরমব্রহ্মগা অমংতা ওইরিবা ভগ-বান শিবগী মপাম্মোংগী ওইবা খুদমনি। স্ফটিক লিঙ্গ অসিস্তু ভগবান শিবগী খুদমনি। মসিস্তু ভগবান শিববূ আরধনা নত্রগা পূজা তৌনবগীদমক্তা শীজিন্নৈ। মসি স্ফটিক মনিনা শাবনি। মসিগী মশাগী মচু লৈতে, তৌইগুম্বস্তুং মসিগা শোক-নরুবা পোংশিংগী মচু অদূ মসিনা লৌই। মসি নিগুর্ণব্রহ্ম

নত্রগা গুন লৈত্রবা পরমাত্মা নত্রগা রূপ লৈত্রবা শিবগী মহুৎ শিনবা শক্তমনি।

থম্মোই শেংবা ভক্ত অমগী মক্কমদদি লিঙ্গ অসি নৃও মতুম অমা নত্তে। মসি লংলবা তেজ পুম্নমক্কি নত্রগা চৈতন্যনি। লিঙ্গনা মঙোন্দা রারি শারকই, মহাক্কী পিরাং শিন্নহল্লি, তুচুংবা পোকহল্লি অমস্যুং থম্মোই পেংহল্লি, মহাকপু দেব ভাবকী রাংমদা থম্বীরমই অহুগা ঈশ্বরগা অমত্তা ওইবা অমস্যুং নির্বি-কল্প সমাধি ফংবদা হেংবাংবী। ভগবান রাম্না রামেস্বরদা শিব লিঙ্গ পূজা তৌখি। য়ামনা বিদ্বান ওইববা রাবন্না সনাগী লিঙ্গ পূজা তৌখি।

নখোয় পুম্নমক্কী পূক্নিং পুনশিনবদা যতেং পা লিবা অমস্যুং তমখংলক্লিবশিংগীদমক্তা অহৌবদা পূকনিংবু পামহন-বদা ঙাক্লো পীরিবা ভগবান শিবগী খুদম, লিঙ্গ পূজা তৌ-দূনা নখোয পূমনমকনা মওং লৈতবা শিববু ফংবা ওইরসনু।

# শ্রদ্ধা অমসুং মূর্তি পূজা

পুরান চান্দগী গুরুনা মহাকপু নরায়ন মন্ত্রদা দিক্ষা পীরমই। অমসুং মগোন্দা ভগবান নরায়নগী অপীকপা মূর্তি অমা পূজা তৌনবগী পীরমই। পুরান্না মহাক্না জপ তৌবদা চাং নাইরমই অমসুং মহাকনা অশেংবা মন্ত্র থিবা হেক্লা তৌরমদে অদুবু মূর্তি অদুমা মহাকপু পেনবীরকপগী খুদম অমতা লৈরমদে; মরম অদুনা মহাকনা মহাক্কী গুরুগী মনাকতা চত্তুনা মদুগী মরম হংলমই। গুরুনা পুরান্দা মোমোন লোকল-ই অমসুং হায়রমই, 'ফরে অঙাং, ভগবান শিবগী মূর্তি অসি লৌরো ঐনা নঙোন্দা শিব মন্ত্রদা দিক্ষা পীরগনি। ভগবান শিববু থাজবা অমসুং ভক্তিগা লোয়ননা পূজা তৌ। মহাক অসি ভোলে নাথ হায়না খঙৈ অমসুং য়ামনা থূনা পেনবী হৈ, মহাকনা নহাকপু পেনবিগনি।"

মথংগী থা তরুক চুপনা পুরান চান্দনা ভগবান শিবগী জপ অমসুং পুজাদা পূক্নিং লূপলমই। ভগবান নরায়নবী মূর্তি অহ পুজাগী কাদা লৈবা উক্তুন থাবা কাংথক অমদা হুন-গংতুনা থমখিরমই। থা কয়ামুক লৈরগা পুরান চান্দনা অমুক হন্না মহাক্না গুরুদা চংলমই অমসুং মহাক্না শিব পূজা তৌবদা করিগুম্বা ফল অমতা তাদ্রে হায়না রাকংলমই।

মহাক্না মঙোন্দা পেনবীগদবা দেবতা অমগী মূর্ত্তি অমস্তুং মন্ত্র অদূ পীবিনবা নিজরমই।

গুরুনা অমুক হন্না মোমোন নোক্লমই; মঙাল ফংনবগী মতম লাক্লে, অতুম ওইনমক মহাক্না খল্লমই মতুদি শিয্য অতুনা মশানা ফংবা জান্না খঙগদবনি। মরম অতুনা মহাকনা হাযরমই, 'অকবা অঙাং, যুগ অসিদদি ঈমা কালী অসি খুং ফংনবা দেবতানি। মহাক্কী মূর্ত্তি অসি পূজা তৌ অমস্তুং নবরন মন্ত্র শোল্লু অদূ ওই-রবদি নহাকনা মহাক্কী থৌজাল ফংগনি।' হন্দক্কী পূরান চান্দগী চিংনবা করিমতা ৎলৈরমদ্রে, মহাকনা মপূং ফানা থাজরমই।

কালী পূজা তৌবা হৌরমই, শিবসু কাংথক্কা নরায়নগা অমতা ওইনা থমাখরমই। পূরান্না ভক্তিগা লোযননা ঈমা কালীগী মাঙদা ধূপ থারমই, মতুগী মৈখুনা মূর্ত্তি অনি থমলিবা কাংথক অদূ যৌরমই। পূরান্না শাউরমই। শিবগা করম্বা অধিকার লৈদূনা ঈমা কালীগীদমক্কা কৎপা ধূপকী মনম লৌরিবনো? মহাকপূ চোকথবা লৈতনা পূজা তৌব-দা পেনবিয়ূ য়াখিদ্রবনি, মহাক্না হৌজিক পূজা তৌবিবদি ঈমা কালিনী য়ান্না শাওনা মহাকনা শিবগী মূর্ত্তি অদূ মখুংনা লৌরমই অদুগা মহাকনা ধূপকী মৈখু চিংশিনবদূ থিংনবগীদমক্কা মহাক্কী নাতোন্দা লশিংনা মেনগে হোংনরমই। মহাক্না মহাককী থবক অতু পাংথোকপা ঙমহৌদ্রিদৈদা মমাঙদা মূর্ত্তি অতু মাঙখিরমই অনস্তুং ভগবান্না থৌজাল অমস্তুং নুং-

শিবনা থনবা মোমোন নোকপা মীনোক্কা লোয়ননা মাগী মমাং দা লেপ্লমই। পুরাম্লা ডকপনা ব্রা ভাংবা ডমদনা মশামক ভগবানগী মাংদা শত্রাং তিংথোক্কুনা খুরুমলমই। মাগী ভক্তি অদুদা হায়নিঙাই লৈতনা পেল্লদুনা ভগবাননা মঙোনদা নিনিংবা বর অমা নিনবা হায়রমই।

পুরাম্লা খুমলমই, "ঐগী ভগবান, ঐ য়ামনা চমমনরে। ঐনা নহাকপু ভক্তি লৈনা পূজা তৌরিঙৈ মতমদা অমস্তুং থা তরুক চুপনা পঞ্চাক্ষর মন্ত্র থিরিঙৈ মতমদা নহাকনা ঐবু পেনবীযু য়াবিখিদে। তৌইগুম্বস্তুং ঐনা মহাক্কী মূর্তি শংথোকপ্রবা অমস্তুং নহাক্কী পূজা থাদোক্লবা মতমদা নহাক্না খঙহৌদনা ঐঙোন্দা নশক ফোংদোক্কে খল্লি। হে ভগবান অঙকপা অসি করিনো?"

ভগবাননা খুমলমই, "ঐগী অঙাং মসিদা শনদোকনা তাক্লবা অঙকপা অমত্তা লৈতে, নহাকনা ঐবু অচম্বা নুঙ অমগুম্বা, অচম্বা পূজাগী পোৎ অমা ওইনা নত্রগা হুনদোকখিবা য়াবা ধাতু মচেং অমগুমনা নহাককী অপাম্বগী মতুংইন্না খল্লিঙৈ মতমদা মতৌ করমনা ঐ ইশামকনা শক ফোংদোকক-দৌরিবনো? ঙসিদি নহাকনা ঐগী মূর্তিবু নাতোনদা লশিংনা মেনশিন্দুনা অশিংবা অমগুমনা লৌরে। অসুমনা মূর্তিদা ঐনা হিংনা লৈ হায়বসি নহাকনা খঙলবসিদ। ঐনা ইশামক অসি নঙো নদগী লোংতুনা থম্বা পামদ্রে।"

পুবান ব্রা ভাঙখিদ্রে অমস্তুং মঙান ফংলদুনা মহাকনা ভগবানদা অমুক হন্না খুরুমলমই অমস্তুং মহাককী প্রেমদা লুপখিরমই। মহাকনা হেন্না ফবা বর অমা নিবা ঙমলমদ্রে মরমদি ভগবানগী মপুং ফাবা প্রেমদু মহাকনা ফংলে।

লোইরবা।

# Errata

| লামায়— | পংক্তি— | অশুদ্ধ— | শুদ্ধ— |
|---|---|---|---|
| ১ | ১৪ | পুনশিহল্লবদি | পুন্‌শিনহল্লবদি |
| ২ | ১ | জেসস খ্রাইস্ট | যিশু খৃষ্ট |
| ১ | ১২ | মাসমক্কী | মশামক্কী |
| ২ | ৫ | ত্রিমনা | ত্রিমস্থা |
| ২ | ৯ | চক্রশিদগী | চক্রসিদগী |
| ৩ | ১ | পতঞ্জলি | পাতঞ্জলি। |
| ৩ | ৪ | ইস্টমঃ | ইস্টম্‌ |
| ৩ | ৫ | পতঞ্জলি | পাতঞ্জলি |
| ৪ | ৩ | নিগুন | নিগুর্ণ |
| ৪ | ৬ | সলিগ্রাম | শালগ্রাম |
| ৪ | ১২ | নিগুন | নিগুর্ণ |
| ৫ | ৬ | মহাবাকং | মহাবাক্য |
| ৫ | ৭ | নংত্রগা | নক্ষগা |
| ৫ | ১৪ | ,, | ,, |
| ৫ | ৪ | তরুক্কী | তরুক্কী |
| ৭ | ১০ | ভগবানন্দা মসি | মসি ভগবান্দা |
| ৯ | ১৭ | সলিগ্রাম | শালগ্রাম |
| ১০ | ৫ | ,, | ,, |
| ১০ | ৫ | অমনা পুন্‌শিন্‌বা | অমনা পুক্লিং পুন্‌-শিন্‌বা |

| লামায়— | পরেং— | অরানবা— | অচুম্বা— |
|---|---|---|---|
| ১১ | ১২ | সলিগ্রাম | শালগ্রাম |
| ১১ | ২১ | প্রত্যাক্ষা | প্রত্যক্ষ |
| ১২ | ২২ | চান্দী | চন্দি |
| ১০ | ৯ | ধারানা | ধারনা |
| ১৮ | ১১ | পী | পীবা |
| ২০ | ১১ | শংস্কার | সংস্কার |
| ২৪ | ১৭ | তৌনফন পোং | তৌনফম ওইবা পোং |
| ২৬ | ৮ | সমসা | সমস্যা |
| ২৫ | ১০ | মমি | মসি |
| ৩১ | ৪ | অাদ্বৈত | অদ্বৈত |
| ৩২ | ৫/৬ | ,, | ,, |
| ৩২ | ১৪/১৬ | রুপ | রূপ |
| ৩৪ | ১২ | পাড়া | প রা |
| ৩৫ | ৮/১৯ | ,, | ,, |
| ৩৮ | ৩ | অলস্নুং | অমস্নুং |
| ৪০ | ২ | থ্যান | ধ্যান |
| ৪৭ | ৭ | অশির্বাদ | আশীর্বাদ |
| ৫৩ | ৩ | পীজিন্নহুনা | শীজিন্নহুনা |
| ৫৫ | ১/২/১৪ | নরায়ন | নারায়ন |
| ৫৫ | ৫ | খুং ফংনবা | খুংফংনবা |